# মৈতৈলোন

## অহানবা শরুক

### (ক) মরীমখোঙ

১ মৈতৈলোন্না মমালোন ওইবা মাওইশিংবু মৈতৈ কৌই। মৈতৈশিংনা মণিপুরগী অপুনবা মাকোক্কী ৬৪% নি। খৃঃ ১৯৭১ ইংদা মণিপুরদা মৈতৈগী অপুনবা মীকোক অসি ৬,৭৪,০৪৪ শুরে। মৈতৈ ১৫,০০০ রোম ত্রিপুরাদা খুন্দাবি। মৈতৈ ৮৯,০০০ রোমশু আসামদা শাইদাংলি। ভারত অপুনবদা খৃঃ ১৯৬১ ইংদা মৈতৈগী অপুনবা মীকোক অসি ৬২১,২৪৪ শুবে। অদুবু খৃঃ ১৯৭১ ইংদা ভারত অপুম্বদা মৈতৈগী অপুনবা মীকোক অসি কয়া শুরকখ্রে হায়বা চপ চানা খঙনদ্রি।

২ মৈতৈলোন্না মমালোন ওইবা মীওই কয়াশু অরা অমসুং বাঙ্গলাদেশতা খুন্দার। অরাদা মৈতৈ ৪০০,০০০ রোম শাইদাংলি। বাঙ্গলাদেশতশু মৈতৈ ৫০,০০০ রোম খুন্দারি।

৩ মৈতৈলোন্না মমালোন ওইদবা মণিপুরগী ক কাঙলুপশংনা লোন অসিবু খঙনবা অমসুং ঙাংনবা মরম্না, লোন অসিবু মণিপুরী লোন হায়নশু কৌনরকলি অমসুং মৈতৈ সাহিত্যবু মণিপুরী সাহিত্য হায়নরকলি।

৪ মৈতৈলোন অসি অরা তিব্বত লোন কাঙলুপ (Tibeto Burman speech family) গী শগাই অমনি। অরা তিব্বত লোন কাঙলুপকী শগাইশিং অসি অথাদা উৎলি:—

| | শলাইগী মমিং | শলাই অতুদা য়াওবা লোনশিং |
|---|---|---|
| ক | হিমালয় লমদমগী শলাই (Himalayan Group) | নিবারী, গুরুং |
| খ | অরাং আসাম শলাই (North Assam Group) | আকা, দফ্লা, মিরি, আবর, মিশমি |
| গ | বোরো শলাই (Boro Group) | গারো, মেক, লালু, কোক. [redacted] কাছাড়ী |
| ঘ | নাগা শলাই (Naga group) | আঙ্গামী, শেমা, রেংমা, লোথা |
| ঙ | ময়ান তুয়ান শলাই (Mixed group) | মিকির, খোইরাও |
| চ | কাচিন শলাই (Kachin group) | কাচিন, ট্রাংকুল |
| ছ | কুকি চিন শলাই (Kuki chin group) | মৈতৈ, থাদো, লুসাই |

৫ কুকি চিন শলাই অসিবু শাগৈ অনিথোক্না থায়দোকই। অহানবা শাগৈবু মৈতৈ শাগৈ কৌনৈ। শলাই অসিদা মৈতৈলোন য়াওই। শলাই অসিগী অনিশুবা শাগৈবু চিন শাগৈ কৌনৈ। শাগৈ অসিগী মযুংদা লুসাই অমসুং থাদো লোন য়াওই।

৬ কুকি চিন শলাইগী লোনশিং অসিনা মমালোন ওইবা মী-ওইশিং অসি এলহৌতৈদা অরাং নোংচুপ থাগী (চিনা) গী ...ংকিয়াং অমসুং হোয়াংহো তুরেনগী তোর্ব্বান লমদমদা লৈরম্মি। মাপ্লন মমৈথংদা অরা লৈবাক্তা চংলকলম্মি অমসুং লৈবাক অ...লী ইরাবতী অমসুং নিংথি তুরেনগী তোর্ব্বান লমদমদা লৈখি। ল...ম অসিদা মখোয়না মণিপুর তম্পাক্তা চংলকখি অমসু... থুনা...। মখোয়

মণিপুর তম্পাক্তা খুন্দাবা মতম অসিনা অরা তিব্বত কাণ্ডলুপকী শলাই-শিংনা অরাং নোংপোক ভারতকী অতৈ মফমদা খুন্দাখিবা মতম অদুদগী হাল্লি। মণিপুর তম্পাক্তা ইহান হান্না খুন্দাখিবা কুকি চিন শলাইগী লোল অদু মৈতৈলোন অসিনি।

৭ মৈতৈলোনগী মতাংদা বাহৈগী অক্ষর (Syllable) অসি খোম্মোক অরাম-অয়াং অনি শুরি। মৈতৈলোন নত্তবা অরা তিব্বত কাণ্ডলুপকী লোন অয়াম্বগী মতাংদগী বাহৈগী অক্ষরগী খোম্মোক অসি অনি নত্রগা অহুম শুই। মৈতৈলোনগী মতাংদা হকচাং কায়াৎ অমস্যুং মরীমতা খণ্ডনবা বাহৈশিংদা, মমাংগী চৈতপ (pronominal prefix) ম অসি তপ্পী। ঐখোয়গী লোল অসি নত্তবা অরা তিব্বত কাণ্ডলুপকী লোলশিংগী মতাংদগী, হকচাং কায়াৎ অমস্যুং মরীমতা খণ্ডনবা বাহৈ-শিংদা মমাংগী চৈতপ অসি তপ্পী।

৮ মৈতৈলোলগী পংখৈ মস্যুংদা ধাতু (verbal root) অয়াম্বা অসি অক্ষর (syllable) অমখক্তনা ওইবা বাহৈনি। লোল অসি নত্তবা অরা তিব্বত কাংলুপকী লোনশিংগী মতাংদগী, ধাতু অয়াম্বা অসি অক্ষর অমতগী বাহৈনি।

৯ মৈতৈলোলগী পংখৈদা, সংযুক্ত শব্দ (compound word) অযাম্বা অসি তোঙানবা বাহৈ ওইনা থুগায়বা য়াই। লোন অসি নত্তবা অরা তিব্বত কাংলুপকী লোন অয়াম্বগী পংখৈদা সংযুক্ত শব্দ অসি তোঙানবা বাহৈ ওইনা থুগায়বা য়াই।

১০ মৈতৈলোনগী বাহৈপরেং অমগী মতাংদা, কর্ত্তা (subject), কর্ম্ম (object) অমস্যুং ক্রিয়া (verb) অসি মথংশিংনা থম্মি। অরা তিব্বত কাণ্ডলুপকী লোনশিংগী বাহৈপরেংগী মতাংদগী, বাহৈ-পরেংগী মফুংদা কর্ত্তা, কর্ম্ম অমস্যুং ক্রিয়া অসি মথংশিংনা থম্মি।

১১ খাগীগী য়াংশিক্যাং অমস্যুং হোয়াংহো তুরেনগী তোর্বান লমযমদা টাংনরিবা লোনশিংগা, মৈতৈলোনগা মায়বা মওং কয়াসুক

লৈবতা নত্তনা, লোন অসিনা অৱা তিব্বত কাঙলুপকী লোনশিংগশু মায়বা মওং কয়াগু লৈরি। লোন অসিনা কুকি চিন শলাইগী লোন অতৈদা নকশিনৱদগীদি, মসিনা অৱালোন অমসুং তিব্বতলোন অনি অসিদা নকশিনবনা হেল্লি। মৈতৈলোন্না নাগা লোন শলাই অমসুং কুকি চিন লোন শলাইগী লাংদায়ৰি; অদুবু মসিনা নাগা শলাইদা নকশিনবদগীদি, মসিন কুকি চিন লোন শলাইদা নকশিনবনা হেল্লি।

১২ মৈতৈলোন্না অৱা তিব্বত কাঙলুপকী লোনশিংগা লৈনরিবা মরী অসি চংখোম্না খঙননবগী মায়কৈদা নেনবগী থবক অসি থোইনা খুমাং চাওশিন্দ্রি। মৈতৈলোম্না মতম শাংনা অমসুং মনীঙ তম্না শারেপ তাল্লক্লগা, মসিনা হৌজিক ওইরিবা শাওং অসি তারকপনি। লোন অসিগী মশাদা য়াম্না কুইরবা লোল অমা ওইবগী মতিক মগুণশিং অদু শুনা লৈরি।

## (খ) মৈতৈলোন অমসুং মৈতৈ সাহিত্য

১৩ চহি লিশিং অনি হেন্না শারেপ তাল্লক্লবা সাহিত্য অমগী কায়দোংকম অসি মৈতৈলোন ওইরকলি। মৈতৈ সাহিত্যনশু মৈতৈ লোনগী শক্তম অসি চংখোম্না তাকহ। মসিবু মখাগী মতা ভহুম অসি থোক্লা খাহদোকই:—

ক অহানবা মতাং:— মসি খৃঃ ১০০০ গী অদুৱাইদগী খৃঃ ১২০০ ফাওবা চৎথখি হায়না থাজনৈ।

খ ময়াম চনবা মতাং:— মসি খৃ ১২০০ দগী খৃঃ ১৯০০ ফাওবা চৎথখি হায়না লৌনৈ।

গ হৌজিক্কী মতাং:— মসি খৃঃ ১৯০০ দগীনা ঙসি ফাওবা চৎথরি।

১৪ মৈতৈ সাহিত্যগী অহানবা মতাংদা ঐখোয়গী সাহিত্যনা ৱারেংগী পংথৈ মনুংদা য়াম্না চংখোন্না খুমাং চাওশিনখি হীরম কয়াকায়

রারেং লাইরিক মখল মথেল কয়া পুথোকখি। অসিগুম্বা রারেং লাইরিকশিংগী মরক্তগী পোইরৈভোন খুম্বোক অসি নিংশিংনিঙাইনি। মসি খৃঃ ৩০০ গী অদুরাইদা ইরম্বা য়াই হায়না রাহেংবম য়ুমজাওনা মহাকী লাইবিক অমদা (Report on the Archaeological Studies in Manipur Vol I, 1935 তা) প্রমান কয়া পীবি। থায়নগী রারেং লাইরিকশিংগী মরক্তগী নিংথৌ খোংতেকচা য়োইরেম্বগী কোরি কোম্পাক অসি মমিং পনবা য়াই। মসি খৃঃ ৭৯৯ ইংদা ইহল্লবনি। মৈতৈ সাহিত্যগী অহানবা মতাংগী শিংথানিংঙাই ওইবা শকলোন অমদি নিংথৌরোন অমসুং ইতিহাসকী রারেং লাইরিক কয়ামুক পুথোক-লম্বা অসিনি। অসিগুম্বা লাইরিকশিংগী মরক্তগী, চৈথারোন কুম্বাবা, চাদ লাইহুই, মোইরাং কংলৈরোননচিংবা অসি নিংশিংনিংঙাইনি।

১৫ মৈতৈ সাহিত্যগী অনিশুবা মতাংদা, ঐখোয়গী সাহিত্যনা মুংশি-মুংওন, লাইনিং-লাইশোন অমসুং নিংথৌবোনগী রাংমা লান-থোক্তুনা হকলোন, লৈঙাকলোন, লমিৎলোয়চিংবা অনৌবা হীরম কয়াদা খুমাং চাওশিনখি। হীরমাশং অসিদা রারেং অমসুং শৈরেংগী লাইরিক মখল মথেল কয়া পুথোকখি। ঐখোয়গী সাহিত্যগী অনি-শুবা মতাংগী অরোইবা শরুক্তা অনুবাদ সাহিত্য (Translation literature) গী অচেৎপা লৈভাকম অমা শেমখি। মহাভারত, রামায়ণ, ভাগবত পুরাননচিংবগী মরুওইবা পন্দুপ কয়া মৈতৈলোন্দা হন্দোকখি।

১৬ মৈতৈলোনগী থায়নগী শক্তম অসি ঐখোয়গী সাহিত্যগী অহানবা অমসুং ময়াই চনবা মতাংগী লাইরিকশিংনা তাকপা ঙম্মি। ঐখোয়গী থায়নগী সাহিত্যগী পংথৈদা অক্ষর অমতগী বিশেষ্য (mono-syllabic noun) কয়ামুক উই:—

| থায়নগী | হৌজিক্কী |
|---|---|
| কোং | কংকাল |
| খুম | থাওচফু |
| লাং | লৈচিন |
| লু | কোক |

১৭ মৈতৈ সাহিত্যগী অহানবা মতাং অনি অসিগী পংথৈদা, অয়াম্বা বিশেষ্য (noun) গী অর্থ মান্নবা বাহৈ (synonyms) খরাং কায়না লৈরম্মি :—

| থায়নগী | হৌজিক্কী |
|---|---|
| কাওবী, লাল্লু, লু | কোক |
| কোংদিং, চরৈ, শংদিং, হাওরং | কী |
| কোরৌ, থবি, য়োইয়াই | নুমিৎ |
| খমগোন, মালং, য়াংবন | মুংশিৎ |
| খমলৌ খুমু, তনমু, তাওতেক | নৌ |
| খাম্বী, খেল্লী, চকমোম, মৈত্রেং | মৈ |
| খোইরি, ইমু, তরং, থমং, লোকলৌ | ঊশিং |
| খোইজি, খোইজেং, খোইমা, তিল্লাং, পাইমা, উনবী | পুক্লীং |
| তোংজেং, য়াকমৈ, হেমথু | হি |
| থাংই, লিহৈ, লোইমোম | কৌ |
| মুংকী, লৈরুম, কাগং | ওবোং |
| মরানয়ায়, মোংবা, শঙ্গায়, মশায়কোন | য়ুম |
| য়াওরৌ, য়াংদৌ, শরেল, শারেল | শা |
| য়োইবুনাই, য়োইবু, হৈবীশু | ইবুঙো |
| ল্যাং, শিফা, হামলেন | লৈচিন |

১৮ ঐখোয়গী থায়নগী সাহিত্যগী পংখৈদা, সামান্য ক্রিয়া (infinitive) না বিশেষ্য (noun) গী মহুৎ শিনবা অসি তাঙনা থোকই। থায়নচৈদা চৎনরম্বা অমস্তুং মমৈথংদদি সামান্য ক্রিয়ানা মহুৎ শিনগ্রবা বিশেষ্য খরা মখাদা উৎলি :—

| থায়নগী | হৌজিক্কী |
|---|---|
| অমল, থমম্নুং, শরা | শিবা |
| কজিন করাও | নিনখোংবা |
| থিজু | শাওবা |
| লেরা | লমহেনবা |
| রাজোল | মচা পোকপা |
| শরি | রাশকপা |

১৯ মৈতৈ সাহিত্যগী অহানবা মতাং অনি অসিদা সংযুক্ত বিশেষ্য (compound noun) শিং অসি য়াম্না মরাঙ কায়রম্মি। অসিগুম্বা বিশেষ্য খরা মখাদা উৎলি :—

| থায়নগী | হৌজিক্কী |
|---|---|
| ঈরোক | চৌঙগী লোক |
| থাওবী | চৌঙগী লোকমাই |
| নাওদা | চারোন শুরোন |
| পাইজংনা | মবাইগী মরী |
| পাইরৈ | মবাইগী কাংবু |
| কমদো | অঙম অথো |
| লাইহুই | মতিক মগুণ |
| লোইয়া | চৌঙখোঙগী মম্না |
| শংলো | ইনশাং নাপী |

২০ থায়নচৈদা বিশেষ্যগী মহুৎপু বিশেষণ (stative verbal

infinitive) না শিনবা অসি তাঙনা থোকই। মমাংগৈদা চৎনরম্বা মমৈথংদা বিশেষয়া মহুৎ শিনগ্রবা বিশেষ্য থরা মথাদা উৎলি :—

| থায়নগী | হৌজিক্কী |
|---|---|
| চাখা, পুংজেং | অরিবা |
| য়েংহেল্লৌ | অহানবা |
| লাংজেং | অনৌবা |
| হামুক | অমুবা |

২১ থায়নগী সাহিত্যদা নিষেধবাচক প্রত্যয় (negative infix) ত- অসি চাং হৌনা শিজিন্নরম্মি। অসিগুম্বা প্রত্যয় অসি য়াওদনা চৎনরম্বা সামান্য ক্রিয়া (infinitive) থরা মথাদা উৎলি :—

| থায়নগী | হৌজিক্কী |
|---|---|
| কামা থাবা | চৎথোকহন্দবা |
| কুম্বা য়াই চেংনিবা, কোরোহন কাংবা | নোং তাদবা |
| থোইজং লুং চেনবা, লাকতরোই নোংথোইবা | লুংঙাইতবা |
| নাপ-শেন তানবা | থৌওইদবা |
| লুংওন থোই হোৎপা | মবুক ফত্তবা |
| মুংশি শমন কোকপা | লুংশিদবা |
| পনম হেকমাই কাবা | হায়বা ইন্দবা |
| পাইমা শেলোং নিকপা | মবুক শেংদবা |
| য়াথং হৌরা শম্বা | রাঙাং হৈতবা |
| শংলোনা ফম্বা | থৌশাদবা |
| শুকনৌ শোই নৌবা | মচা য়ামদবা |

২২ মৈতৈ সাহিত্যগী অহানবা মতাং অনি অসিদা, পৃষ্ঠ (plosive) ময়েক অহম— ক, ত, প, উষ্ম (spirant) ময়েক চ,

অমস্তুং পাশ্বিক ময়েক (lateral) ল অসিনা রাহৈগী মস্তুংদা লৈবা তারবদি, মখোয়গী শকলোন অসি হোংদে, গ, দ, ব, জ, র ওইদে।

## (গ) মৈতৈলোনগী লোইস্নেশিং

২৩ থায়নঙৈদা মৈতৈলোনগী পংখৈ মস্তুংদা লোন অসিগী লোইস্নে (dialect) খরা লৈরম্বা য়াই হায়বা রাকম অসি পুথোক্ক-রকলি। অসিগুম্বা রাকম অসি থাজনিংঙাই ওই। মৈতৈলোনগী লোইস্নেশিং অসি ওসিদি মমি শামগ্রে। মখোয় অসি মৈতৈ সাহিত্যগী ময়ায় চনবা মতাং (খৃঃ ১২০০—খৃঃ ১৯০০) গী অরোইবা শরুক্তা মরাই চায়থরম্বা য়াই হায়না থাজনৈ। মখোয়গী মরী মখোঙ অসি নিংথিনা থিজিন্দ্রি।

২৪ মৈতৈলোনগী লোইস্নেশিং অসিনা মমি শামগ্রবশু, মখোয়না ঐখোয়গী লোন্দা ঈরাই-ঈনিন অমস্তুং শঊম খরা পীরি। অসিগুম্বা শঊমশিং অসি মৈতৈলোনগী খোস্থোক কায়াৎ (morphology) অমস্তুং রাঙাং রাতা (intonation pattern) গী মতাংদা মকা কোংলি। শঊমশিং অসিনা লোন অসিগী অচাবী ফীভম (standard form) অসিদগী থৈথরকপা ফীভম (dialectical divergence) খরা থোকহল্লি।

২৫ মৈতৈলোনগী অচাবী ফীভম অসি মণিপুর তম্পাক্কী অয়াম্বা মফমদা উই। মসি ইম্ফাল অমস্তুং মসিগী মনাক্কী লমদম খরদনা হেম্না ময়েক লানা থেংনৈ। মসিনা মৈতৈ সাহিত্যগী হৌজিক্কী মতাংগী য়াংলেন শরু ওইরি। মৈতৈ সাহিত্যবু স্কুল, কোলেজ অমস্তুং ইউ-নিভর্সিটিদা তম্মরকপগা লোয়নবা, মৈতৈলোনগী অচাবী ফীভম অসিগী শাওং শাবানশু চুং ফীরান চাবা হেনগৎলকলি। অস্তুম্না মসিনা মৈতৈলোনগী থৈথরকপা ফীভমগী পংখৈ অসি য়াম্না পিকশিনহল্লকলি।

২৬ মৈতৈলোনগী থৈথরকপা ফীভম অসি মণিপুর তম্পাক্কী লমদম খরদা মকা কোংলি। মসিগী মরুওইবা শকলোন অমদি লোন

খোইবা অসিনি। লোন খোইবগী শঙুম অসি ৱাঙাং ৱাতা (intonation pattern) দা অপান্নবা ফাওরি। মহৌশাগী মৈতৈ সাহিত্যগী পংথৈদা ওইবগুম্না, লোন খোইবগী মতাংদগু পৃষ্ঠ ময়েক (plosive) অহুম—ক, ত, প, উস্ম ময়েক (spirant) চ অমসুং পাশ্বিক ময়েক (lateral) ল না ৱাহৈগী মনুংদা লৈবা মতমদা, মখোয়গী শক্তম হোংদে; গ, দ, ব, জ অমসুং র ওইদে।

২৭ লোন খোইবগী শঙুম ফংদবা মতাংদগু, মৈতৈলোনগী থৈথরকপা ফীভম অসি উই। অসিগুম্বা মতা দা খোম্থোক্পী চৈথেং (accent) না ক্রিয়া (verb) গী বিভক্তি (suffix) দা পাল্লি। খুদম ওইনা, খঙতে, চাতে—অসিনচিংবা অসি পনবা য়াই। মৈতৈলোনগী অচাবী ফীভমদদি খোম্থোক্পী চৈথেং অসি ক্রিয়াগী বিভক্তিদা ফাওদে। খঙদে, চাদে—হায়নরি।

২৮ লোনগী ৱায়েল (morphology) গী মতাংদগু, মৈতৈলোনগী থৈথরকপা ফীভমগা লোন অসিগী অচাবী ফীভমগা খেন্নবা খরা লৈ। থৈথরকপা ফীভমদা, ৱাহং অমা অসুম্না হংনৈ—"ইবেম্মা! নপা লৈ, লৈতে।" অচাবী ফীভমদদি ৱাহং অসি অসুম্না হংঙি—"ইবেম্মা! নপা লৈব্রা?"

২৯ ৱাহৈ পুক্কৈ (vocabulary) গী মতাংদগু, মৈতৈলোনগী থৈথরকপা ফীভমগা লোন অসিগী অচাবী ফীভমগা তৈনবা খরা উই। থৈথরকপা ফীভমগা শাগোন্নবা বিশেষ্য (noun) অমসুং ক্রিয়া (verb) খরদি অচাবী ফীভমগী পংথৈ মনুং য়ৌত্রি। খুদম খরা মথাদা পীরি:—

| থৈথরকপা ফীভম | অচাবী ফীভম |
|---|---|
| অহন শাবা | মচান্নুপা অহন |
| অহন শাবী | মচান্নুপী অহন |
| আনি | য়েংথিনবা |
| ইশাইদু | খোঙহাম্পুল |

| থৈথরকপা ফীভম | অচাবী ফীভম |
| --- | --- |
| ইমুং | ইমুং |
| উরুক | খুদেং |
| ফদি | খুদৈ অচোৎপা |
| ফম | ফমুং |
| লংহিং | ফী অশেংবা |
| শামোক | শন |
| হমুবী | শুমজিৎ |
| কিন্না নাবা | কিন্না থিনবা |
| খাওতেরুবা | থুনা শিগদবা |
| চনেৎনবা লান তৌবা | খোংপান্না কাওবা |
| মুমিৎ চৈঙাক মরেপ ফংদবা | মুমিৎ তাগদৌরবা |
| নোংঙেন বাইবা | নোং হাইজিনবা |

## (ঘ) মৈতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈ

৩০ মৈতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈ (vocabulary) অসি মথাগী কাংলুপ মঙা অসি থোক্না থায়দোকপা য়াই :—

ক খাগী-তিব্বত লোন কাঙবু (Sino-Tibetan Speech family) গী লোনশিংগা চা-নবা ৱাহৈ কাঙলুপ,

খ মথক্তা পনখ্রিবা লোন কাঙবু অসিগী লোনশিংদগী লৌশিনবা ৱাহৈ কাঙলুপ,

গ সংস্কৃত লোন্দগী পুশিল্লকপা ৱাহৈ কাঙলুপ,

ঘ আরবী, ফরাসীনচিংবা লোনশিংদগী চংশিল্লকপা ৱাহৈ কাঙলুপ,

ঙ ইংরেজী অমসুং য়ুরোপকী অতৈ লোনশিংদগী লৌশিনবা ৱাহৈ কাঙলুপ।

৩১ খাগী-তিব্বত লোন কাঙবু (Sino-Tibetan Speech family) গী লোনশিংগা চা-নবা ৱাহৈ কাঙলুপ অসিনা মৈতৈ

বাহৈ পুকৈগী অতৈ কাঙলুপশিংদগী খ্বাইদগী হেন্না চাওই। অসি-গুম্বা বাহৈ কাঙলুপ অসিগী বাহৈ খরা মখাদা উৎলি। ময়েক মরি— ম, ক, ত, অমস্থং থ অসিনা মথংশিংনা মৈতৈলোন, কবুই-লোন, তাংখুল লোন অমস্থং থাদৌ লোনগী মচুৎ শিল্লগা ময়েকশিং অসিবু মরী লৈনবা বাহৈগী মনাক্তা থমলি অমস্থং বাহৈ অহু লোন মরি অসিদা চা-নৈ হায়বা তাকলি:—

ককৎ, cut (ম, ক), ককপা ;
কৎ, offer (ম, ক), কৎপা ; খৎ (থ), কচিকৎ (ত)
কপ, weep (ম, থ), কপ্পা
কা, room (ম, ক, ত, থ)
কা, climb (ম, ত), কাবা
কাই, divide (ম, ক), কাবা
কাঙ, mosquito (ম); থোকাঙ (থ)
কাপ, shoot (ম, ক, ত, থ), কাপ্পা
কি, fear (ম, থ), কিবা
কু, coffin (ম); লনকু (থ), তংখু (ক) ;
কুম, year (ম, ক, ত, থ)
কুম্মৈ, entertainment (ম, থ)
কবোকৈ, leopard (ম, ক); কমকৈ (থ)
কোন, crooked (ম, ক, থ), কোনবা
কোন, eating vessel (ম), কোং (থ)
কৌ, short as of cloth, (ম, ক) কৌবা
কৌ, call (ম); ককৌ (থ) ; কশো (ত), কাও (ক)
কোই, digress (ম, ক), কোইবা
কোয়, surround (ম, ক) কোয়বা
কোয়, walk (ম, ক), কোয়বা
খদাং, chin (ম), খলহাং (থ)

খন, spread an umbrella (ম, ক), খনবা
খা, bitter (ম, ত, থ), খাবা
খাম, prevent (ম, ক, ত, থ), খাম্বা
খাবৈ, laddle (ম, ত) ; খালৈ (থ)
খা, chin (ম, ক, থ) ; খশো (ত)
খাও, bag (ম, ক), খাওদিপ (থ), শাখাও (থ), চৌশাখাও (ত)
খাঙ, bear, tolerate (ম, ক) খাঙবা
খু, cough (ম, থ, খৌ (ক) খুবা
খুজেং, wrist (ম) ; খুজেং (থ)
খুংম্নাই, middle finger (ম থ)
খুৎ, hand (ম, থ)
খুন, village (ম), খু (থ)
খুকউ, knee (ম) ; খুকনাও (ত), খুবুত (ক)
খৈরোই, squirrel (ম, ত)
খোইরু, bee wax (ম, ক, থ) খোইরা (ত)
খোইহি, honey (ম) ; খোইনিং (থ), খোইগ্নি (ক)
খোক, peel (ম, ক), খোকপা
খোং, drum (ম, ক, থ)
খোৎ, scratch (ম, থ), খোৎপা
খোল, noise (ম, ক, ত)
খোম, collect (ম, ক, থ), খোম্বা
ঙক, wonder (ম, ক), ঙকপা
ঙন, rude, harsh (ম, ক) ঙনবা
ঙম, steep (ম, ক), চীঙনা ঙম্বা
ঙা, fish (ম, থ, অৱা), খা (ক)
ঙৌ, fry (ম, ক), ঙা ঙৌবা
চঙ, enter (ম, ত), য়ুম চংবা

চৎ, go [ম, ত], চৎপা ; তৎ [ক] ; চে [থ]
চা eat [ম, ত, তিব্বত], চাক চাবা , ব়া [থ]
চিংথক, corner [ম, ত]
চিক, calm, cool [ম], অচিকপা অহিং ; শীক [ত]
চীঙ, hill [ম], খিংহাং [থ]
চিন, busy [ম, ক], থবক চিনবা
চু, stain [ম, ক], ফী চুবা
চু, sugar cane [ম] ; কোলচুথ
চুপ, kiss [ম, ক], চুপ্পা ; চোপ [থ]
চোং, jump [ম· অব়া, তিব্বত], মাঙজোং চোংবা, চোম [থ]
চোন, long as of cloth [ম, ক, থ], ফী চোনবা
তা, fall [ম, থ , উদগী তাবা
তাঙ, costly [ম, থ], পোৎ তাঙবা
তাও, float [ম, ক], ঈশিংদা তাওবা
তীন, worm [ম, ক, থ]
তুই, water [ম, ক, থ, তিব্বত ; তুরেল, [তুই + লেন]·river
তু, fall [ম· ক] কৈদু তুবা
তৈ, oint [ম, ক], হিদাক তৈবা
তোন, summit [ম, ক, ত], মতোন য়োবা
তোপ, add [ম, ক], চেংপোত্তা মাইরেল তোপ্পা
তৌ, do [ম, থ], থবক তৌবা
থা, month [ম] ; ক্লা [থ] ; তাহ [অব়া]
থা, moon [ম] ; ক্লা [থ] ; তাব়া [তিব্বত]
থিং, pr vent [ম, ক], লম্বী থিংবা ;
থুং, arrive [ম, থ] ; শুং [ত] ; য়ুমদা থুংবা
থুম, sweet [ম, থ], চুহিনা থুম্বা
থেবা, rabbit [ম, ত]

থেম, persuade [ম, ক, থ], অঙাং থেম্বা

থোয়্, proud [ম, ক], থোয়্বা

থোং, soft [ম ক], চাক থোংপা

থোম, reinforce [ম, ক], লান্মী থোমজিনবা

নঙ, you [ম, থ]

নঙ, cogulate, dense [ম, ক], মহি নঙবা

নম, smell [ম ক, ত, থ, তিব্বত] মনম নম্বা

নপ, cling [ম, ক], চনাংনা নপপা

নপ, nose mu us [ম, থ]

না, ill [ম, থ], কুমলায়নানা নাবা ; নাদ [তিব্বত]

না, ear [ম, থ, অব্রা] ; খনা [ত]

না, leaf [ম, থ] থিংনা [থ]

নান, sleepery [ম, থ] লম্বী কংনান নানবা

নাওক্ষম, womb [ম, ক, ত]

নাই, pus [ম, থ]

নি, day [ম, থ, খাগী]—মরিনি, মঙানি

নিপা, man [ম], মিপা [থ]

নি, two [ম, থ], অনি, নিফু [ফু = কুন]

নিং, wish [ম, ক, ত] নিংবা

নীন, reclain waste land [ম ক], লৌ নীনবা

নুপী, woman [ম], মুপী [থ], তুমৈ [ক], মু [খাগী]

নুংশি, love [ম], নুংশিবা, নুংশিৎ [থ]

নুংশা, sun-shine [ম], নিশা [থ]

নেম, low [ম, থ.] থিক নেম্বা ।

নোয়্, fat [ম, ক], মশা নোয়্বা

নোই, message [ম, ক], হকচাং নোইবা

পঙ, foolish [ম, ক] ; পঙবা

পম, put a baby in the lap (ম, থ। অঙাং পম্বা
পা, thin (ম,থ, অব্রা, খাগী) ; পাবা
পা, father (ম, ত, থ) ; পাজী, পাবুং
পরেং, line (ম, ত) ; করেং (ক)
পাৎ, boil [ম; থ]; অপাৎ অপোম
পাম, arum (ম, থ)
পী, give (ম), পোৎ পীবা ; কপি থ) ; থে (ক)
পু, carry 'ম, থ) ; পোৎ অমা পুবা ; পাও (খাগী)
পু, gra d father (ম, ত, থ) ; পৌ (ক)
পুক, belly (ম) ; বুক (থ)
পৈ, spleen (ম, ত) ; পাই (থ)
পো, oarry (ম, থ) ; অঙাং পোবা ;
পোৎ, thing (ম, ক) ; রোৎ (ত)
পোম, suffer from boil (ম, ক, থ) , খৌ পোম্বা ;
ফ, good (ম, ত, থ) ; পুকচেন ফবা ;
ফক, tear into pieces (ম, ক) ; মচেৎ ফকপা
ফং, receive (ম, ক, ত) ; শেন ফংবা
ফুংগা, family (ম) ; ফুং (থ), মীনায় ফুঙ্গা
ফেন, slant (ম, ক) ; ফেনবা (ঙামথবা)
ফৈ, thigh (ম, থ )
ফোং, open (ম, ক, ত), মকা ফোংবা ; হোং (থ)
ফোয়, pluck grass (ম, ক), নাপী ফোয়বা
মখায়, half (ম, থ)
মমন, prioe (ম) ; অমন (ত), মন (থ)
মরৈ মরা, triok (ম, ত)
মচানুপী, daughter (ম) ; চনু (থ)
মনাওনুপা, pounger of one's husband (ম) অনাওপা (থ)

মঙ, dream (ম, ক, ত, থ), মঙ মঙবা
মা, bug (ম), মৎ (থ)
মাঙ, lose (ম, ক, ত), শেন মাঙবা, কশি মাঙ (ত)
মায়, face (ম, থ)
মচা, son (ম), কচা (থ)
মরি, four (ম); লি (থ)
মঙা, five (ম), ঙা (থ)
মী, human being (ম, থ)
মীচং, party (ম, ত)
মিংচেৎ, fame (ম, ত)
মিং, name (ম, ত, থ, তিব্বত)
মিৎ, eye (ম, অরা, তিব্বত), থিক (ক, ত)
মু, black (ম, ক), কুচু মুবা
মু, put into fire (ম, ক); মৈদা মুবা
মুক, press (ম, ক), মুকপা
মেন, mend (ম, ক), মেনবা
মৈ, tail (ম, ত, থ খাগী), মমৈ পানবা
মৈ, fire (ম, থ)
মৈখু, smoke (ম, থ),
মৈতান, charcoal (ম, খাগী); মৈহোন (থ)
মৈবা, spark (ম, ত)
মৈরা, torch (ম, ত)
মোনপাক, bad stead (ম, থ)
য়া, consent (ম), য়াবা; খয়া (ত)
যা, tooth (ম, খাগী), হা (থ)
য়াঙ, fast (ম, থ), লমজেন য়াঙবা
য়াক, too much salty (ম, ক), থুম য়াকপা

যু, wine (ম, থ), জিয়া (থাগী), য়ান (ক)
যাঙ, sheep (ম, থ)
য়েৎ, argue (ম), মরৈ য়েৎপা, গেৎ (ক)
য়োন, sell (ম), পোৎ য়োনবা, জোন (ক, য়োর (ত), য়ো (থ)
লক, catch fish in a net (ম, ক), ঙা লকপা
লম, country (ম, থ)
লম্বী, road (ম, থ), লম (অব্রা), লমখা (তিব্বত)
লমখাই, road meet (ম), লমখা (থ)
লন, wealth (ম, ক, ত)
লাক, come (ম), থুঙ্গংদগী লাকপা, খলা (ত)
লাক, control (ম, ক), শন লাকপা
লাক, take by force (ম, ক), পোৎ লাকপা
লাঙ, noisy (ম, ক), ঋাঙবা
লান, cross (ম, ক), খোং লানবা
লাম্মী, soldier (ম), লাইমী (ত), রিমী (ক)
লীচৈ, cane (ম, ত)
লু, head (ম, থ), কু কোকপা
লুহপ, cap (ম), লুকোপ (থ)
লুক, basket (ম, থ), কাঁরু কশাইরুক
লুম, hot as of water (ম, থ), ঈশিং লুম্বা
লেক, lick (ম, ক), লৈনা লেকপা
লেং, shoulder (ম, থ), লেংবাল, লেংজুম
লেম, snare (ম, ক), চাক লেম্বা
লৈ, earth (ম, থ), লৈবাক
লৈখোম, clay (ম, ত)
লৈ, tongue (ম, ত, থ), বরৈ (ক)

লৈশৌ, white ant (ম), লৈকা (ম)
লোক, reap (ম, ক), ফৌ লোকপা
লৌ, agricultural land (ম, থ)
রাহোং, peacock (ম, থ)
রাই, husk (ম, থ)
রান, buy (ম, ক), ফৌ রানবা
রান, lack (ম, থ), শেন রাংপা, গাত (ক)
রাং, king (ম, থ, খাগী), অরাং (ত), গরাং (ক)
রাঙ্গোন নিংথৌ, prince
শওম, bear (ম, থ), শগোম (ক)
শমুক, bull (ম), শিমুক (ত)
শউন, skin (ম, থ)
শজি, dear (ম), শজহি (থ)
শম, cut short (ম, ক), লম্বী শম্বা
শম, hair (ম থ)
শা, build (ম, ত, থ), শে (ক), য়ুম শাবা
শা, body (ম, থ), মশা নোয়বা
শা, hot (ম, ত, থ) হুংশা শাবা
শাই, chew (ম), কলহাই (থ), শগুপ শাইবা
শাং, long (ম, ক, ত, থ) লম্বী শাংবা
শি, die (ম, খাগী, তিব্বত), থি (ত), তি (থ) লমশি শিবা
শিং, wise (ম), চিং (থ), লৌশিং শিংবা
শীঙ, fuel (ম, তিব্বত); থীঙ (ক; থ)
শঙ, dye (ম, ক), মচু শঙবা
শঙ, guard (ম, থ), য়ুম শঙবা
শু, pound rice (ম, থ), ফৌ শুবা
শুক, rice pounder (ম), শু (থ), শুক্লা শুবা

শেঙ্গুং, gong [ম], শেলমু [ক], পুং [ত]
শেম establish [ম, থ], শেম্বা
শোৎ, borrow [ম, থ], পোৎ শোৎপা
শোক, draw water [ম, ক], ঈশিং শোকপা
শোঙ, dense [ম, ক], মোংশোং
শোন, weak [ম, ক], মশা শোনবা
শৌ, boil [ম, থ], চফু শৌবা
হবাই, pulse [ম, ক, ত]
হা, yam [ম, থ], হাপাই [ত]
হাঙ, empty [ম, ক], লম হাঙবা
হাৎ, kill [ম], তাৎ [থ], থাং [ত], মী হাৎপা
হান, pour in [ম, ক], লিকলিদা ঈশিং হানবা
হাম, devoid of seed [ম, ক], মরু হাম্বা
হিক, louse [ম, থ], হিকপী, হিকম
হিং, live [ম, থ], লিং [ক], থবাই হিংবা
হু, poison [ম, ক, থ]
হু, steal [ম]; ঘু [থ] হুরানবা
হুই, dog [ম, থ], গুই [তিব্বত]
হেক, pluck fruit etc. [ম, ত], হৈ হেকপা
হেন, exceed [ম, ক], চামদগী হেনবা
হেম্লোই, evil spirit [ম], হেম্লো [ম]
হৈ, fruit [ম], হৈথ [থ], অতৈ [ত]
হোঙ, cheap [ম, ক, থ], মা হোঙবা
হৌ, awake [ম] খৌ [থ], তুম্বা হৌবা
হৌ, begin [ম, ক], হৌশৈ হৌবা
হোৎন, try [ম], হোৎখেন [ত], ফিহোৎ [থ], হোৎনবা
হুৎ, pierce [ম, থ], পুংহুৎনা হুৎপা

অঙাং, baby (ম), অঙাংনাও (ত)
অহিং, night (ম), অয়িং (থ)
ঈ, blood (ম); থী (থ)
ইতাও, comrade (ম, থ)
ইংখোন, homestead land (ম), ইন (থ)
উৎ, ash (ম), বুত (থ), বুত (ক)
উচি, rat (ম), উচা (থ)
উন, skin (ম, থ),
ওক, pig (ম, থ)

৩২ খাগী তিব্বত লোন কাংবু (Sino-Tibetan Speech family) গী লোনশিংদগী মৈতৈলোনগী বাহৈ পুকৈ (Vocabulary) দা চংশিনখিবা বাহৈশিংগী বাকম অসি ৩০ শুবা তাংকক্তা পনৱে। অসিগুম্বা বাহৈশিং অসিনা মৈতৈলোনগী বাহৈ পুকৈগী কাওলুপ অমা থম্বা মখোয়গী মরীমখোঙ অসি মচা থায়না থিজিন্নি। মখাগী বাহৈ খরা অসি পনবা য়াই :—

চে, paper (ম, খাগী)
চেক, brick (ম খাগী)
ফুরা, small brick temple (ম), ফয়া (অরা)

৩৩ সংস্কৃত লোন্দগী মৈতৈলোনগী বাহৈ পুকৈদা চৌথিবা বাহৈশিংগী মতাংশু ৩০ শুবা তা কক্তা পনৱে। অসিগুম্বা বাহৈশিং অসিনা থায়নচৈদগী খৃঃ ১৩০০ ফাওবগী মতুংদা ঐখোয়গী বাহৈ পুকৈদা হাইজিনখি। খৃঃ ৭৯৯ ইংদা মণিপুরগী নিংথৌ খোংতেকচা য়োইরেম্বনা মৈতৈ মরেক্তা মৈতৈলোনগী বারেংগী শক্তমদা ইহনখিবা কোরি কোম্পাক অদুদা মখাগী সংস্কৃত বাহৈশিং অসি য়াওই :—

অবতার incarnation
অশিমা boundless
ওঁ, sign of Hindu trinity

কর্ম্ম, duty
কুল, family
কনেশ (গণেশ), son of Lord Siva
কুরু (গুরু), precepter
তেপী (দেবী), goddess meaning Parvati, consort of Lord Siva
ভর্ম্ম (ধর্ম্ম), religion
নিলপংশ (নির্বংশ) one having no issues
পূচা (পূজা), worship, ইরাৎ থৌনি
পিশপ, (বিশ্ব), universe, মালেম
পুলান (পুরান), Purana
মহাথনিক, one of the deities
লসায়ন (রসায়ন), alchemy
শাপ, curse
শিপ শিব), Lord Siva
শিলি (শ্রী), prosperity
হলি (হরি), one of the names of Lord Visnu

৩৪ খৃঃ ১৩০০ গী স্বাইদগীদি, হিন্দী. বাঙ্গালা, আসামী, ব্রজবলীনচিংবা সংস্কৃত লোনগী লোনথায়শিংগী ৱাহৈ কয়ামুক মৈতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈ য়ৌরকখি। খুদম ওইনা মথাদা ৱাহৈ খরা উৎলি:—

কুন্দালৈ (কুন্দ), a kind of flower
কেতুকী (কেতকী), a kind of flower
কন্ধক, (গন্ধক), sulphur
গাধা (গর্দ্দভক), ass
গুহা (কূপ), well
জাম (জম্বু), a kind of fruit

চাকা (চক্র) wheel
দেৱালী (দীপাবালী), a Hindu festival
নিয়োম (নিয়ম), rule
নোরোক (নরক), hell
পাজি (পঞ্জিকা), astrologer
পারা (পাঠ), lesson
পুখ্রি (পুস্কর), pond
পুহাল (প্রবাল), coral
ফোলান (ফলহার), a kind of food
বাসি (বংশি) flute
বামোন (ব্রাহ্মণ), Brahmin
মন্দিলা (মণ্ডল), a musical instrument
মহারাজ, king
মান্দোপ, (মণ্ডপ), pendal
মোরোক (মির্চ), chilly
লাখ (লক্ষ), one lakh
লুগুন (নবগুন), sacred thread worn by the Hindus.
শাত্তিন (ছত্র), umbrella
শালিগ্রাম (শলিগ্রাম) a kind of sacred stone
শুইনো (শূইন্য), zero
শোরাৎ (শ্রাদ্ধ), Saradha Ceremony
সনা (স্বর্ণ), gold
সভা; assembly
সমদ্রু (সমুদ্র); sea
সমশোর (সাম্বৎসরিক) annual Saradha Ceremony
সেবোক (সেবক), disciple
সোই (সহী), signature

১৫

ক্ষেত্রী (ক্ষত্রী), a kshetriya, ক্ষেত্রীময়ুম
আর্থ (অর্থ), meaning
আমৃত (অমৃত), elizir
ওলখি (অলক্ষী), shrew

৩৫ মৈতৈলোন্দা চংশিনখিবা আরবী অমসুং ফারাসী ৱাহৈ-শিংগী মতাং অসি ৩০ শুবা তাংকক্তা পনগ্রে। অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি খৃঃ ১৪০০ গী অতুৱাইদগী ঐখোয়গী লোনগী পনখৈদা হাইজিল্লকপা হৌখি। মখাদা আরবী ৱাহৈ খরা উৎলি:—

আকোল (আকিল), intellegence
ইজৎ (ইজ্জত), prestige
খবর (অখবার), news
তোলোপ (তলব), salary
ঊকিল (ৱাকিল) lawyer

মখাগী ফারাসী ৱাহৈ খরা অসি য়েংশিনবা য়াই:—

কংশমান (খানসমান), cook
চাদোর (চাদর); a chadar ; a kind of cloth
জিঞ্জুর (জঞ্জীর); a kind of neklace
তারিক (তারিখ) date
তেক (দেগ) a kind of utensil
নোমনা (নমুনা) model
পাইজামা (পাজামা) a kind of dress.

৩৬ মৈতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈ (vocabulary) দা চংখিবা পারতুগীজ লোনগী ৱাহৈশিংগী মতাং অসি ৩০ শুবা তাংকক্তা পনগ্রে। পারতুগীজশিংনা বাঙ্গলা লৈবাক্তা লল্লোন হাতককী থবক হৌগ্রবা মতুংদা (খৃঃ ১৬০০কী মতুংদা) মখোয়গী ৱাহৈশিংনা সংস্কৃতকী লোনখাই (আসামী; বাঙ্গলা লোয়নচিংবা) শিংগী পনখৈ লাম্হোকতুনা ঐখোয়গী লোন্দা চংলকপা হৌখি। অসিগুম্বা ৱাহৈ খরা মখাদা উৎলি:—

আতা (অতা), flour
আলমারি (আলমিরা), almirah
কমেজ (কমিজ), a kind of shirt
কিরানি (কেরাণী), clerk
গমলা (গামলা), flower vessel
গীর্জ্জা, church
গুদাম (গুদাও), store
চাবি (চেভ), key
নিলাম (লৈলাও), auction
ফিত', ribbon
বালতিন (বালতি, bucket
ভনন্দা (ভরন্দা, verandah
শাপোন (শেবাও`, soap.

৩৭ মৈতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা চংখিবা ইংরেজী লোনগী ৱাহৈশিংগী ৱাকম অসি ৩০ শুবা তাংকক্তা পনম্রে। অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসিনা খ্বাইদগী ইকোন কোন্না ঐখোয়গী লোন্দা চংলকপনি। মণিপুরগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা ইংরেজশিংগা মরী লৈনরবগী মতুংদা (খ্রীঃ ১৭৬০ গী মতুংদা) মখোয়গী ৱাহৈশিংনা ঐখোয়গী লোন্দা চংলকপা হৌখি। মণিপুরদা ইং ১৮৯১ দা ইংরেজ রায়েন কাংলোন লিংখৎলবগী মতুংদদি, মখোয়গী ৱাহৈশিংনা ঐখোয়গী লোন্দা চংবগী চাং অসি হান্নদগী য়াম্না হেন্না য়ামখৎখি। ইংরেজী লোনবু রায়েন থৌদা অমসুং মহৈ মশিং তম্বগী মতাংদা হৌজিক ফাওবা শিজিন্নবা মরম্না, লোন অসিগী ৱাহৈশিংনা ঐখোয়গী লোন্দা চংওকপা লেপত্রি। ইংরেজী লোন্দগী লৌশিনবা ৱাহৈ খরা মথাদা উৎলি :—

অফিশ, office
ইঞ্চি, inch
কমিটি, committee
কোর্ট, court

কমফোর্তি, comforter
কোলেজ, college
কেরশিং, kerosene
ফলানিল, flannel
লেমতোন, lantern

৩৮ থাগী তিব্বত লোন কাণ্ডবু (Sino-Tibetan Speech family) গী লোনশিং নত্তবা ইংরেজীনচিংবা অতৈ লোনশিংদগী মৈতৈলোন্দা চংলকপা ৱাহৈশিং অসি বিশেষ্য শব্দ (noun words) মাত্রা ওইনা তৌই। অপুনবা ৱাহৈশিংগী মরক্তা ক্রিয়া (verb) অমা অনিতংদি য়াওরি। খুদম ওইনা—কোন চলাইবা, দুকান উথাইবা অসি নিংশিংবা য়াই।

৩৯ থাগী তিব্বত লোন কাণ্ডবুগী লোনশিং নত্তবা অতৈ লোনশিংদগী চংলকপা বিশেষ্য শব্দ (noun words) শিং অসিগী পংথৈ মমুংদা অসিগুম্বা ৱাহৈ অনি তপ্পনগা, সংযুক্ত শব্দ (compound word) শেম্ব অসি থোকই। খুদম ওইনা—বোরো মিস্ত্রি, বোরো সাহেব, শোতো সাহেব, হেদ কিরানি, হেদ পণ্ডিত নচিংবা অসি নিংশিংবা য়াই। অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসিবু মহাক্কী শৈরেং লাইরিক "কংশ বধ কাব্য" গা পংথৈ মমুংদা অরাম্বম দরেন্দ্র না ক্রিয়া (verb) ওইনা শিজিন্নরি। জবানজরকই, সেবাজরকই পনবা য়াই। মহাক্না হোৎনরম্বা অসি অরামন হজিন্দে হায়রবা তাই।

## (ঙ) খোম্লোক অমসুং ময়েক

৪০ মৈতৈলোনগী খোম্লোক অসি মৈতৈ ময়েকা তাকই। ঐখোয়গী খোম্লোকী শঙম অমসুং ঈরাই-ঈনিন অসি মৈতৈ ময়েকা চংথোক্না কোণ্ডদোকই। অসুম্বা থায়নকৈদগী খৃঃ ১৮৯১ ইং কাওবা, মৈতৈ ময়েক্না মৈতৈলোন অমসুং সাহিত্যগী কায়দোংকম ওইথি। মৈতৈ-খোম্লোক্কী মতাংদা, অসিগুম্বা খোম্লোক অসিবু মশক তাকলম্বা মৈতৈ ময়েকী ৱাকম অসি মরী লৈনরকই।

৪১ মৈতৈ ময়েক অসি মণিপুর মচাশিংনা পুথোকখিবা নত্তে অমসুং মপানগী মীওইশিংনা পুথোকখিবনি হায়বা য়ারোল অমা অথেঙ-অহৈ খরনা হায়রৈ। অসিগুম্বা অথেঙ-অহৈশিংগী মরক্তগী গ্রীয়ারসনগী মমিং পনবা য়াই। মহাক্না মহাক্কী লাইরিক অমদা (Linguistic Survey of India, Vol. II, Page 63 দা) ইরি— "In Manipur where there was no indigenous population speaking an Aryan language, the people became enthusiastic Hindus without giving up their native language although that language unlike Ahom was unwritten and a character in which to write it invented by the Brahmins" গ্রীয়ারসন গুম্বা অহৈ-অশিং খরা অসিগী য়ারোল অসি নৈনবা হৌরকলে। অদুবু মখোয়গী য়ারোনগী অচুম-অয়ান লেপপা ঙম্মদ্রি। মরম অসিনা মীরৈবাকী মীওইশিংনা মৈতৈ ময়েক পুথোকখিবনি হায়বা য়াকম অসিদা অরোইবা য়ারোল হায়নদ্রি।

৪২ গ্রীয়ারসননচিংবা অথেঙ অহৈশিংগী য়ারোল অসি মণিপুরগী পণ্ডিতশিংনা য়াদে মৈতৈ ময়েক অসি মণিপুর মচাশিংনা পুথোকখিবনি হায়বা য়াকম অসি মখোয়না কয়া থাজে। অসিগুম্বা য়াকম অসি শোগৎননবা, মৈতৈময়েকী হৌরকফম তাকপা থায়নগী মৈতৈ লাইরিক খরগু পুথোক্লরকলি। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসিনা মৈতৈ ময়েকী মরীমথোঙ, থোম্বোকনচিংবা তাকই। থায়নগী মৈতৈ ময়েকী পংথৈ মমুংদা, চৈতপ ময়েক অমসুং অঙি ময়েক থাদনা, ময়েক কুন্থ্রামঙা যাওরি। ময়েকশিং অসিবু ময়েক মঙাগী কাঙবু তরেৎ থোক্না থায়রি; ময়েক কাঙবু তরেৎ অসিগী অহৌবা ময়েকপু মপী ময়েক কৌই। মপী ময়েক তরেৎ অসিবু চয়োল তরেৎ ওইনা লৌনৈ। ময়েক কুনথ্রামঙা অসিবু নিপা, মুপী অমসুং কৈদা (eunuch) হায়নগু কাঙলুপ অহুম থোক্না থায়রি মখোয়গা শাগোম্বা লাইশিংগু তাকলি। নিপা ময়েকশিংগী মরক্তগী ক অমসুং খ অসি

মথংশিংনা পাখংবা অমদি অতিযা শিদবা ওইনা লৌনৈ। মুপী ময়েকশিংগী মনুংদগী গ অমসুংন বু মথংশিংনা লাইসনা অমসুং লৈমরেন ওইনা শিংথারি। কৈদ ময়েকশিংগী মরক্তগী ঙ বু "অশিবা" ওইনা লৌনৈ। ক দগী ক্ষ ফাওবা ময়েক কুনথ্রামঙা অসিনা পরেং শারগা, অজিনা হৈরু ওই। অজি ময়েকী মরী মখোঙ তাকপা মতাংদা, থায়নগী লাইরিক ময়েক লাইশক খঙবনা অসুম্না ইরি :—

"অহানবা থেকপা মথেক্তি মচীন লূকএ. মনম হুল্লে, মমায় হায়গৎলে, কোলোই মমিং থোংদি অঞ্জি কোএ।"

৪৩ মৈতৈ ময়েক অসি মণিপুর মচাশিংনা পুথোকখিবনি হায়বা বারোল অসি কয়া নৈনরকলি। অতুবু মসিগী অচুম-অরান্দী লেপ্পা ঙম্দ্রি। ঐখোয়গী ময়েক অসি ইরৈবাক মচাশিং নত্রগা মীরৈবাক মচাশিংনা পুথোকখিব্রা হায়বা বাহং অসিগী পাওখুম পীবা ঙমদ্রি। অসুম্না মৈতৈ ময়েকী হৌরককমগী মতাংদা অরেপ্পা বারোন অমা হায়নদ্রি।

৪৪ মৈতৈ ময়েক অসি য়াম্না কুইরে। মসি নিংথৌরেন অশোক্কী মমাংদা চৎনবা হৌখ্রে হায়না প্রে ফেশার কালিদাস নাগনা ইথি (তাং ১৯।১০।৪৭ ইংদা ফোংখিবা পলেম"—লামায় ২)। খৃঃ ৩০০ গী অহুবাইদা মৈতৈগী বারেং লাইরিক "পোইরৈতোন খুন্থোক" অসি মৈতৈ ময়েক্তা ইখিবনি হায়বা বাকম অসি বাহেংবম যুমজাওনা মাগী লাইরিক অমদা (Report on the Archaeological studies in Manipur দা) প্রমান তৌরি। খৃঃ ৭০৯ ইংদা মণিপুরগী নিংথৌ খোঙতেকচা য়োইরেম্বনা মৈতৈ ময়েক্তা মৈতৈলোনগী বারেং লাইরিক অমা কোরি কোম্পাক্তা ইরমম্মি। নিংথৌ কিয়াম্ব (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) গী সনা য়াথং অহুও মৈতৈরোন্দা অমসুং মৈতৈ ময়েকী শক্তমদা নুংদা হরুগা, খোইবু খুলদা মুংহল্লম্মি। অহুগুম্বা নুং অহু ঙসি কাওবা লৈরি। নিংথৌ চয়াইরোংবনা খৃঃ ১৭০০ কী অহুবাইদা মুংহল্লম্বা নুংদা ইরিবা মৈতৈরোনগী বারোন অহুও মৈতৈময়েক্তা ইবনি।

৪৫ মৈতৈ ময়েক্না মৈতৈ সাহিত্যগী অহানবা অমসুং ময়াম চনবা মতাংগী কায়দোংফম ওইখি। সাহিত্য অসিগী মতাং অনি অসিগী মমুংদা পুখোক্লম্বা য়ারেং শৈরেংগী লাইরিকশিং অসি মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্মি। ঐখোয়গী সাহিত্যনা হৌজিক্কী মতাং য়ৌরকপদা (খৃঃ ১৮৯১ দা মণিপুরদা ইংরেজশিংগী লোইনম্ ওইখিবগা লোয়ননা), মৈতৈময়েকপু মৈতৈলোন অমসুং সাহিত্যগী পংথৈদগী অমসুং কোম্সুং, সরকারগী লোইশং অমদি লাইরিক তমফমশিংদগী বাঙ্গলা ময়েকনা তান্থোকখি। অসুম্না খৃঃ ১৮৯১ দগী ঙসি কাওবা মৈতৈ ময়েক্না মৈতৈলোন অমসুং সাহিত্যগী পংথৈদা মশাগী লৈতাফম লৈত্রে, বাঙ্গলা ময়েক্না ঐখোয়গী লোন অমসুং সাহিত্যগী কায়দোংফম ওইরকলি।

৪৬ বাঙ্গলা ময়েক্কী স্বর ময়েক (vowels) শিংগী খোন্থোক অতেন-অশাং অনি অসিনা মৈতৈলোনগী খোন্থোক অরাম-অয়াং অনি অসি কোঙদোকপা ঙমদে। চৈতপ অমসুং তপ্পবা ময়েক ময়াম অসি থারগা, বাঙ্গলা ময়েক্কী অপূনবা মশীং অসি ৪০০ হেল্লি। ময়েকশিং অসিগী মরক্তগী খরা অমনা ঐখোয়গী খোন্থোক্তা মরী লৈনদে, খরা অমনা, কায়ফম অমসুং শিজিন্নফম খঙদনা মৈতৈলোন অমসুং সাহিত্যগী পংথৈদা পুশিল্লকলি। অসিগুম্বা চ'-নদবা ময়েকশিং অসিনা ঐখোয়গী লোন অমসুং সাহিত্যগী হৌজিক্কী মতাংগী য়ারেং-শৈরেং লাইরিকশিংদা, খোন্থোক অমসুং য়াহৈগী বানানগী মতাংদা নীঙবা থুংদবা কয়া থোকহল্লি। অশুক মশীং য়ামপ্রবা ময়েকশিং অসিনা ঐখোয়গী লাইরিক ইবা, ছাপা নম্বা অমসুং তম্বগী মতাংদা অপনবা কয়াগু পীরি। বাঙ্গলা ময়েক্না মৈতৈলোন অমসুং সাহিত্যগী হৌজিক্কী মতাং অসিবু ঐখোয়গী লোন অমসুং সাহিত্যগী থাবন অমদি ময়াম চনবা মতাং অনি অসিদগী তোঙান্না তাহনদ্রে অমসুং মরী লৈনহন্দ্রে। ঐখোয়গী থায়নগী খুৎই লাইরিক ১৫০০ য়োম অসি ঐখোয়বু পাবা ঙমহন্দ্রে অমসুং ঐখোয়দা অর্থ থোকহন্দ্রে। ঐখোয়গী ময়েক লৈত্রিবা মতুংদা,

বাঙ্গলা ময়েক শিঙ্জিন্নরিবা অসি ওইহাক্লা ইকায়কম থোকপনি। অসিগুম্বা বাকমশিং অসি য়েংলুবগা, ঐখোয়গী লোন অমসুং সাহিত্যগী পাংথৈদগী অমদি ঐখোয়গী সরকারগী লোইশং, অমসুং লাইব্রিক তমকমশিংদগী বাঙ্গলা ময়েকপু লৌথোকক্নম থোকলে, মৈতৈ ময়েকপু হিংগৎহনবা মতম ওইয়ে।

## অনিশুবা শরুক

### (ক) খোল্লোক্কী মপাং (phoneme)

৪৭ মৈতৈময়েক্কী পংথৈদা য়াওয়িবা ময়েকশিং অসি মৈতৈলোনগী খোল্লোক্কী মপাং (phoneme) ঙাক্তনি। খোল্লোক্কী মপাং (phoneme) অনি— চ অমসুং আ অসি তিন্নরগা, মৈতৈ বাহৈ—চা (eat) গী খোল্লোক অসি কোঙদোকলি।

* ৪৮ মৈতৈলোনগী খোল্লোক্কী মপাং ( phoneme ) শিং অদু মথাদা উৎলি :—

ব্যঞ্জন (consonant) শিং

| | | ওষ্ঠ bi-labial | | দন্ত মূলীয় alveolar | | তালব্য palatal | কণ্ঠ্য velar | | কণ্ঠনালীয় glottaal |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| স্পৃষ্ঠ plo-si e | unaspi-rated | প | ব | ত | দ | | ক | গ | |
| | aspi-rated | ফ | ভ | থ | ধ | | খ | ঘ | |
| উষ্ম (spirant) | | | | | | চ জ শ ছ | | | হ |
| অনুনাশিক (nasal) | | ম | | ন | | | ঙ | | |
| পার্শ্বিক lateral) | | | | ল | | | | | |
| কম্পিত (rolled) | | | | র | | | | | |
| অর্দ্ধস্বর (se[illegible] i-vowel) | | ৱ | | | | য় | | | |

* ১ ব্যঞ্জন ময়েক (consonant phonemes) শিংগী কাওলুপ থারবা :— খোনাওচম্নমদা হুংশাস্বরগী ইহুমদা অপনবা পীবা মতাংদা, ব্যঞ্জন ময়েক (consonant phoneme) কী খোল্লোক কোঙদোকই। ব্যঞ্জন ময়েকশিং অসিবু মথাগী কীভম মরী অসিগী মতুংইন্না কাওলুপ কয়ামুক থারদোকই :—

(১) হুংশা স্বর পনহনবগী মও ;

(২) হুংশা স্বর পনহনবা মকম ;

(৩) খোল্লোক নিকপা অমসুং নিক্তবা ; অমদি

(৪) খোল্লোক্তা হ গী শক্তম য়াওবা অমসুং য়াওদবা

স্বর (vowel) শিং

| | সম্মুখ front | মধ্যম central | পশ্চা back |
|---|---|---|---|
| উচ্চ (high) | ই, ঈ | | উ, ঊ |
| উচ্চতর মধ্যম (higher mid) | এ | | ও |
| মধ্যম উচ্চ (mid high) | | অ | |
| নিচ (low) | | আ | |

(খ) স্পৃষ্ঠ্য ময়েক (plosive শিং

৪৯ স্পৃষ্ঠ্য ময়েক (plosive) শিং :— ময়েক অহুম ক, ত অমসুং প অসিবু স্পৃষ্ঠ্য ময়েক (plosive নত্রা stop কৌই। মখোয় অহুম অসিগী শউমদি মুংশা স্বর অসি পুমখিং থিংলুরগা থংথা থাদোকপগী মওংনি।

৫০ ক (unvoiced velar plosive) :—মসিগী শউম অসি ইংরেজী বাহৈ কিক (kick) তা য়াওরিবা ক গী শউমগা চাওয়ান্না মান্নৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাঙ অমসুং তুং থংঙি :—

কোক, head
কোং, barn
লিক, necklace
হিক, louce

---

২ মুংশা স্বর পনহনবগী মওং মতুং ইন্না ব্যঞ্জন ময়েক (consonant phoneme) শিংবু কাণ্ডলুপ থায়বা :- মুশা স্বর পনহনবগী মওং অমসুং চাংগী মতুং ইন্না, ব্যঞ্জন ময়েক (consonant phoneme) শিংবু মথাগী কাণ্ডলুপ অক্ষক খোক্না থায়দোকই :—

(১) স্পৃষ্ঠ্য ময়েক কাণ্ডলুপ (plosive phonemes) :—কাণ্ডলুপ অসিগী ময়েকশিংনা মুংশা স্বর অসি পুমখিং থিংলুরগা, থংথা থাদোকই। কাণ্ডলুপ অসিদা মথাগী ময়েকশিং অসি য়াওই :—

ক, খ, গ, ঘ, ত, থ, দ, ধ, প, ফ, ব, ভ

(২) উষ্ম ময়েক কাণ্ডলুপ (spirant phonemes) :— কাংলুপ অসিগী ময়েকশিংনা মুংশা স্বর অসি থরদি প হল্লি, থিংবদি বোদে। কাংলুপ অসিদা মথাগী ময়েকশিং অসি য়াওই :—

চ, ছ, জ, শ, হ

৫১ গ (voiced velar plosive) :— মসিগী শঙম অসি ইংরেজী বাহৈ গ্রিন (green) দা য়াওরিবা গ গী শঙমগা হাইরপ মাৈয় ! মসিনা অক্ষর (syllable) অমতগী ক্রিয়া বিশেষণ (adverb) থরগী মাঙ থাই :—

গ্রি গ্রি; √ তক (press) পু মতেং পাংবা, গ্রি গ্রি তকপা
গো গো, √ খোং (bark) বু মতেং পাংবা, গো গো খোংবা
গ্রৌ গ্রৌ, √ শায় (chew) বু মতেং পাংবা, গ্রৌ গ্রৌ শায়বা

গ না সংযুক্ত বিশেষ্য শব্দ (compound noun word) অমা অনিগী মাঙ থাই :—

গিহোম, pineapple

৫২ খ ( aspirated ক ) :— মসি ক দা হ গী খোম্হোক (aspiration) হাপচিন্নগা ওইবনি। মসিগী শঙমগা ইংরেজী বাহৈ ব্লোক-হেদ (block-head) তা য়াওরিবা খ গী শঙমগা চাওরান্না মাৈয়। মসিনা মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাঙ থাই :—

খুং, top
খুৎ, hand
খোং, canal
খোঙ, leg

---

(৩) অনুনাসিক মরেক কাঙলুপ (nasal phoneme) কাঙলুপ অসিগী মরেকশিংনা চুংশাবর অসি বংথিং থিংলুরগা, নাতোনলোমদা থাদোকই। কাঙলুপ অসিদা মথাগী মরেকশিং অসি য়াওই :—

ঙ, ন, ম

(৪) পার্শ্বিক মরেক (lateral phoneme) :—পার্শ্বিক মরেক (lateral phoneme) তি ল নি। মরেক অসিনা থনাও তেংথম্বা চুংশাবর পুরথিং থিংলুরগা, থনাও তেংথনগী নাকচি অনিদা থাদোকই।

(৫) কম্পিত মরেক (rolled phoneme) :— কম্পিত মরেক (rolled phoneme) তি র নি। মসি লৈতোব তোয়না লোংহল্লি।

৫৩ ঘ ( aspirated গ ) :— মসি গ গী খোঙ্খোক্তা হ গী খোঙ্খোক (aspiration) হাপচিল্লগা ওইবনি। মসিদি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মনুং চঙদ্রি, অপুবা ৱাহৈ (loan word) শীরদা থেংনৈ :—

ঘড়ি, watch
ঘী, ghee

৫৪ ত (unvoiced alveolar plosive) : – মসিগী শঙমগা ইংরেজী ৱাহৈ তোক (talk) তা য়াওরিবা ত গী শঙমগা চাওরাক্না মান্নৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাঙ অমসুং তুং থংঙি :—

তেপ, fence
তোক, a kind of spade
তাৎ, pretension
পাৎ, lake

---

(৬) অর্দ্ধস্বর ময়েক কাঙলুপ (Semi-Vowel phonemes) :—কাঙলুপ অসিগী ময়েকশিংনা, স্বর ময়েকশিং (vowel phoneme) গুম্না মুংশাস্বরদা অপনবা পীদে। কঙলুপ অসিদা মথাগী ময়েক অনি অসি য়াওই : -

য়, ৱ

৩ মুংশাস্বর পল্লহনবা মফমগী মতুংইন্না, ব্যঞ্জন ময়েক (consonant phonemes) শিংবু কাঙলুপ থাদবা :—মুংশাস্বর পলহনবা মফমশিং অমসুং মঙ্ পনহনবদা নৈ, য়ানচিংবনা ওইবা ফীভমগী মতুংইন্না, ব্যঞ্জন ময়েক (consonant phoneme) শিংবু মথাগী কাঙলুপ মঙা অসি খোক্না থাদোকই :—

(১) ওষ্ঠ ময়েক কাঙলুপ (bi-labial phonemes) :— কাঙলুপ অসিগী ময়েকশিংনা চিনবান অনিদা শঙমগী। কাঙলুপ অসিদা মথাগী ময়েকশিং অসি য়াওই :—

(অ) স্পৃষ্ট ময়েক (plosive phonemes)— প, ফ, ব, ভ
(আ) অনুনাসিক ময়েক (nasal phoneme)— ম
(ই) অর্দ্ধস্বর ময়েক (semi-vowel)— ৱ

৫৫ট √ (unviooed alveolar plosive):— মসিগী শউমগা ইংরেজী বাহৈ দোগ (dog) তা য়াওরিবা দ গী শউমগা চাওয়াক্লা মাগৈ। মসি অক্ষর (syllable) অমতনা শাবা ক্রিয়া বিশেষণ (adverb) খরগী মাঙ থাই :—

ত্রং ত্রং, √ কাপ (shoot) কী মতেং পাংবা, ত্রং ত্রং কাপ্পা
দোম, √ তু (fall) গী মতেং পাংবা, দোম তুবা

৫৬ থ ( aspirated ত ) :— মসি ত দা হ্ গী খোঙ্ষোক (aspiration) তিনশিল্লগা ওইবনি। মসিগী শক্তমগা ইংরেজী বাহৈ থিক thick, তা য়াওরিবা থ গী শউমগা চাওয়াক্লা মাগৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষরগী মাঙ থাই :—

থক, a worm
থাক, stair
থোং, bridge
থোঙ, door

---

(২) দন্তমূলীয় ময়েক কাঙলুপ ( alveolar phonemes ) :— কাঙলুপ অসিগী ময়েকশিংনা নৈতোন্দা শউম পী। কাঙলুপ অসি মথাগী ময়েকশিং অসি য়াওই :—

(অ) স্পৃষ্ট ময়েক (plosive phoneme)— ত, থ, দ,-ধ
(আ) অনুনাসিক ময়েক (nasal phoneme)— ন
(ই) পার্শ্বিক ময়েক (lateral phoneme)— ল
(ঈ) কম্পিত ময়েক (rolled phoneme)— র

(৩) তালব্য ময়েক কাঙলুপ palatal phonemes) :—কাঙলুপ অসিগী ময়েকশিংনা তোঁদা শউম পী। কাঙলুপ অসিদা মথাগী ময়েকশিং অসি য়াওই :—

(অ) ঊষ্ম ময়েক (spirant phonemes)—চ, ছ, জ, শ
(আ) অর্দ্ধস্বর ময়েক (semi-vowel phonemes)—য়

৫৭ ধ (aspirated দ) :—মসি দ দা হ গী থোম্বোক (aspiration) তিনশিল্লগা ওইবনি। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মমুং চট্রি। মসি সংযুক্ত শব্দ (compound word) অমগী মমুংদা য়াওই :—

তাধন, elder brother (তাদ+√হন)

৫৮ প (unvoiced bi-labial plosive) :—মসিগী শউমগা ইংরেজী বাহৈ পুত (put, তা য়াওরিবা প গী শউমগা চাওরান্না মান্নৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাঙ অমমুং তুং থংডি :—

পুক, belly
পোক, grey hair
কাপ, a span
থোপ, brain

---

(৪) কণ্ঠ্য ময়েক কাঙলুপ (velar phonemes) :—কাঙলুপ অসিগী ময়েকশিংনা থোনাওদা শউম পী। কাঙলুপ অসিদা মখাগী ময়েকশিং অসি য়াওই :—

(অ) স্পৃষ্ট ময়েক (plosive phoneme)—ক, খ, গ, ঘ

(আ) অনুনাশিক ময়েক (nasal phoneme)—ঙ

(৫) কণ্ঠনালীয় ময়েক (glottal phoneme) :— কণ্ঠনালীয় ময়েক (glottal phoneme) তি হ নি। ময়েক অসিনা থোরৗচরমদা শউম পী।

৪ থোম্বোক নিকপা অমসুং নিক্তবগী মতুং ইন্না ব্যঞ্জন ময়েক (consonant phonemes) শিংবু কাঙলুপ অনি থাইবা :—হায়দোকপদা থোম্বোক নিকপা অমসুং নিক্তবগী মতুং ইন্না, ব্যঞ্জন ময়েক (consonant phoneme) শিংবু কাঙলুপ অনি থোক্না থায়দোকই। থোম্বোক নিক্তবা মতাংদা, অসিগুম্বা ব্যঞ্জন ময়েকশিং অসিবু অঘোষ ময়েক (voiceless consonant phonemes) কৌই। থোম্বোক নিকপা মতাংদা মখোয়বু ঘোষ ময়েক (voiced consonant phonemes) হায়নৈ। মখাগী খুদম অসি য়েংশি :—

৫৯ ব (voiced bi-labial plosive) :— মসিগী শউমগা ইংরেজী রাহৈ বোৎ (boat) তা য়াওরিবা ব গী শউমগা চাওরাক্না মান্নৈ। মসি অক্ষর অমতনা শাবা ক্রিয়া বিশেষণ (adverb) খরগী মাও থাই :—

বেং বেং, √ ঙাং (speak) গী মতেং পাংবা, বেং বেং ঙাংবা
বোম, √ তু (fall) গী মতেং পাংবা, বোম তুবা
ব্রোং ব্রোং, √ শৌ (boil) গী মতেং পাংবা, ব্রোং ব্রোং শৌবা

৬০ ফ (aspirated প) :— মসি প দা হ গী খোম্লোক (aspiration) তিনশিল্লগা ওইবনি। মসিগী শউমগা ইংরেজী রাহৈ ফুৎ (foot) তা য়াওরিবা ফ গী শউমগা চাওরাক্না মান্নৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাও থাই :—

ফক, mat
ফাল, stool
ফী cloth
ফৌ paddy

| | অঘোষ ময়েক (voiceless consonant) | | ঘোষ ময়েক (voiced consonant) | |
|---|---|---|---|---|
| স্পৃষ্ট ময়েক (plosive phonemes) | ক<br>ত<br>প | খ<br>থ<br>ফ | গ<br>দ<br>ব | ঘ<br>ধ<br>ভ |
| উষ্ম ময়েক (spirant phonemes) | চ | ছ<br>শ | হ | |
| অনুনাসিক ময়েক (nasal phonemes) | | | ঙ, ন, ম | |
| অর্দ্ধস্বর ময়েক (semi-vowel phonemes) | | | য়, ব | |
| কম্পিত ময়েক (rolled phoneme) | | | র | |
| পার্শ্বিক ময়েক (lateral phoneme) | | | ল | |

৬১ ভ (aspirated ব) :— মসি ব দা হ গী থোঙ্খোক (aspiration) তিনশিল্লগা ওইবনি। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষরগী পংথৈ মমুং লানশিন্ত্রি। মসি সংযুক্ত বিশেষ্য শব্দ (compound noun word) অমা অনিগী মমুংদা উই :—

চাওভন, a personal name (√ চাও+পা+√ হন)

(গ) উষ্ম ময়েক (spirant) শিং

৬২ উষ্ম মযেক (spirant) শিং :—ময়েক অহুম চ, শ অমসুং হ অসিবু উষ্ম মযেক (spirant নত্রগা fricative) কৌই। মখোয়গী শউমদি মুংশাম্বর অসি থিংবদি নত্তনা মচেৎ ওইনা পল্‌হনবগী মওংনি।

৬৩ চ (voiceless palatal spirant) :—মসিগী শউমদি ইংরেজী বাহৈ চর্চ (church) তা য়াওবা চ গী শউমগা চাওবাল্লা মাথৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাও থাই :—

চাক, cooked rice
চীঙ, hill
চেক, brick
চুপ, peg

৫. খোঙ্হোক্তা হ গী শউম য়াওবগী মতুং ইন্না, ব্যঞ্জন মযেক (consonant phoneme) শিংবু কাওলুপ অনি থাযবা :—খোঙ্হোক্তা হ গী শউম য়াওবা অমসুং য়াওদবগী মতুং ইন্না ব্যঞ্জন মযেক থরবু কাওলুপ অনিথোক্লা থায়দোকই। অসিগুম্বা খোঙ্খোক অসি য়াওবা মযেকশিংদু মহাপ্রাণীয় মযেক (aspirated consonant phoneme) কৌই। অসিগুম্বা খোঙ্খোক অসি য়াওদবা মযেকশিংবু অল্প প্রাণীয় মযেক (unspirated consonant phonemes) হায়নৈ। মথাগী থুদম অসি য়েংশি :—

| | মহাপ্রাণীয় (aspirated) | অল্প প্রাণীয় (unaspirated) |
|---|---|---|
| স্পৃষ্ট মযেক (plosive phonemes) | খ ঘ<br>থ ধ<br>ফ ভ | ক গ<br>ত দ<br>প ব |
| উষ্ম মযেক (spirant phonemes) | ছ<br>শ হ | চ জ |

৩৪ জ (voiced palatal spirant):– মসিগী শঙমদি ইংরেজী মাহৈ জেল (jail) দা যাওরিবা জ গী শঙমগা চাওরাক্না মান্নৈ। মসিনা অক্ষর (syllable) অমতনা শাবা ক্রিয়া বিশেষণ (adverb) খরগী মাও থাই:—

জম, √ চোং (jump) মতেং পাংবা, জম চোংখবা
জর জর, √ হেন (increase) বু মতেং পাংবা, জর জর হেনগৎপা
জ্রি জ্রি, √ চৎ (go) বু মতেং পাংবা, জ্রি জ্রি চৎপা
জো জো, √ ঙাং (speak) বু মতেং পাংবা, জো জো ঙাংবা

জ না সংযুক্ত বিশেষ্য শব্দ (compound noun word) অমা অনিগী মাও থাই:—

জগোই, dance (চৎ. go+√কোই, walk)
জুরি, drainage (√চু, rain+লি, drainage)

---

৬. স্বর ময়েক (vowel phonemes) শিংগী কাওলুপ খায়বা:—হায়দোকপা মতাংদা, চীন মহুংদা অপনবা পীরমদনা লৈ অমসুং চীনবানগী ফীভম কয়ামুক হোংহল্লগা, স্বর ময়েক (vowel phonemes) শিংগী খোঙোক কোওদোকই চীনবান অমসুং লৈগী মথাদা উৎলিবা ফীভমশিং অসিগী মতুংইন্না, স্বর মরেক (vowel phonemes) শিংবু কাওলুপ কয়ামুক থোক্না খায়দোকই:—
(১) লৈনা ঙৌদা কোনথৎপা;
(২) লৈ ভিংথোকপা; অমসুং
(৩) থোনাও চরম্না অনিরক হাইদোক হাইজিন তৌবা

৭ লৈনা ঙৌদা কোনথৎপগী মতুংইন্না, স্বর মরেক (vowel phonemes) শিংবু কাওলুপ মরী খায়দোকপা:—লৈনা ঙৌদা কোনথৎপগী ফীভমশিং অসিনা খেন্নবগী মতুংইন্না স্বর মরেক (vowel phonemes) শিংবু মথাগী কাওলুপ মরী অসি থোক্না খায়দোকই:—

(১) উচ্চ স্বর মরেক কাওলুপ (high vowel phonemes) কাওলুপ অসিদা মথাগী স্বর মরেকশিং অসি যাওই:—

ই, উ

৬৫ ছ (aspirated চ) :— মসি চ দা হ গী খোঙ্খোক (aspiration) তিনশিল্লগা ওইবনি। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাঙ অমসুং ভুং থংদে। হ গী খোঙ্খোক চংদবা ব্যঞ্জন মরেকশিংনা মাঙ থাবা ধাতু (verbal root) শিংদা প্রত্যয় (primary infix) চিন, অমসুং চেম অসি তপশিনবা মতাংদা, প্রত্যয় অহুম অসিগী মাঙ থাবা চ অসি ছ ওল্লি :—

ককছিনবা, √ কক, cut (থাকচিনবা, √থাক)

পুজেম্বা, √পু, bring

৬৬ শ (voiceless palatal spirant) :—মসিগী শউম অসি ইংরেজী বাহৈ (shut) তা য়াওবা শ গী শউমগা চাওরাক্না মান্নৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাঙ থাই :—

শক, appearance

শম, hair

শ অসি অক্ষর অমতনা শাবা সম্বোধন বাচক শব্দ (interjection) থরগী মতুং থংই :—

ইশ, ah

ভশ, expression of disgust

---

(২) উচ্চতর মধ্যম স্বর মরেক কাওলুপ (higher mid vowel phonemes) :— কাওলুপ অসিদা মথাগী স্বর মরেকশিং অসি য়াওই :—

এ, ও

(৩) মধ্যম উচ্চ স্বর মরেক (high mid vowel phoneme) :—মধ্যম উচ্চ স্বর মরেক (high mid vowel) তি অ নি।

(৪) নীচ স্বর মরেক (low vowel phoneme) .— নীচ স্বর মরেক (low vowel phoneme) তি আ নি।

৮. মৈ তিংথেকপগী মতুংইন্না স্বর মরেক (vowel phoneme) শিংবু কাওলুপ অহুম থারবা :—মৈনা তিংথোকপগী ফীভমশিং অসি খেন্নবগী মতুংইন্না স্বর মরেকশিংগ মথাগী কাওলুপ অহুম অসি থোক্না থারদোকই :—

(১) সম্মুখ স্বর মরেক কাওলুপ (front vowel phonemes) :—কাওলুপ অসিদা মথাগী স্বর মরেকশিং অসি য়াওই :—

৬৭ হ্ (voiced glottal aspirant) :—মসিগী শঙৈম অসি ইংরেজী বাহৈ (hit তা য়াওরিবা হ্ গী শঙৈমগা চাওরাক্না মান্নৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাঙ থাই :—

হি, boat

হিক, louce

হুপ, a kind of grass

হ্ অসি অক্ষর অমতনা শাবা সম্বোধন বাচক শব্দ (interjection) খরগী তুং থংঙি :—

ইহ, ah

উহ, oh

## (ঘ) অনুনাসিক ময়েক (nasal) শিং

৬৮ অনুনাসিক ময়েক (nasal) শিং :— ময়েক অহুম—ঙ, ন অমসুং ম অসিবু অনুনাসিক ময়েক (nasal) কৌই। মখোয়গী শঙৈমদি মুংশাস্বর পুমথিং থিংলুরগা, নাতোনলোমদা থংহোন হোন্দোরকপগী মওংনি।

---

(ক) উচ্চ স্বর ময়েক (high vowel) ই

(খ) উচ্চতর মধ্যম স্বর ময়েক (high mid vowel) এ

(২) মধ্যম স্বর ময়েক কাংলুপ (central vowel phonemes) :—কাংলুপ অসিদা মথাগী স্বর ময়েকশিং অসি য়াওই :—

(ক) মধ্যম উচ্চ স্বর (mid high vowel phoneme)—এ

(খ) নিচ স্বর ময়েক (low vowel)—আ

(৩) পশ্চা স্বর ময়েক কাংলুপ (back vowel phonemes) কাংলুপ অসিদা মথাগী স্বর ময়েকশিং অসি য়াওই :—

(ক) উচ্চ স্বর ময়েক (high vowel)— উ

(খ) উচ্চতর মধ্যম স্বর ময়েক (higher mid vowel)— ও

৯০ খোনাও চয়মদা অনিরক হাইদোক হাইজিন তৌবগী মতুংইন্না স্বর ময়েক (vowel phonemes) খরবু কাংলুপ অমদা পুনশিনবা :-খোনাও চয়না অনিরক হাইদোক হাইজিন তৌবা মতাংদা, স্বর ময়েক (vowel phonemes)

৬৯ ঙ (voiced velar nasal) :—মসিগী শউম অসি ইংরেজী রাহৈ স্ত্রোং (strong) দা য়াওবা ঙ গী শউমগা চাওরাকনা মান্নৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাঙ অমসুং তুং থংঙি :—

ঙক, neck

ঙা, fish

থাং, knife

থোং, bridge

৭০ ন (voiced alveolar nasal) :—মসিগী শউম অসি ইংরেজী রাহৈ নেক (neck) তা য়াওবা ন গী শউমগা চাওরাকনা মান্নৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাঙ অমসুং তুং থংঙি :—

নপ, nose mucus,

নাক, side

পন, dam

শন, cow

৭১ ম (voiced bi labial nasal) :—মসিগী শউম অসি ইংরেজী রাহৈ মেন (man) দা য়াওবা ম গী শউমগা চাওবাক্না মান্নৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাঙ অমসুং তুং থংঙি :—

মিৎ, eye

মুক, ink

পাম, terrace cultivated area

ক্ষম, post

---

থবগী খোঙ্হোক ফোঙদোকই। অসিগুম্বা স্বর ময়েকশিং অসি স্বর ময়েক অনি তিন্নবগা ওইবনি। মখোয়বু দ্বিস্বরধ্বনি ময়েক (dipthong) কৌই। মৈতৈলোন্দা দ্বিস্বরধ্বনি ময়েক তরুক লৈ। মখোয় অদু মথাদা উৎলি :—

আই—নাই, pus, লাই, god, রাই, husk

আও—কাও, bull, খাও, bag, থাও, oil

উই—হুই (v) last long, থুই (v), decay, হুই, rivet

ঐ—পৈ, spleen, কৈ, thigh, লৈ, flower

ওই—কোই, beard, খোই, bee, লোই, conquered people

ঔ—খৌ, throat, তৌ, reed, থৌ, duty.

## (৬) অর্দ্ধস্বর ময়েক (Semi-Vowel) শিং

৭২ অর্দ্ধস্বর ময়েক (Semi-Vowel) শিং : – ময়েক অনি য় অমসুং ব্র অসিবু অর্দ্ধস্বর ময়েক (Semi-Vowel) কৌই। মখোয়গী শউম অসি ব্যঞ্জন ময়েক (consonant) কী খোন্থোক্কগী থৈথরক্তুনা স্বর ময়েক (vowel) গী খোন্থোকলোমদা নকশিল্লি।

৭৩ য় (voiced palatal semi vowel) :– মসিগী শউম অসি ইংরেজী ৱাহৈ য়েৎ (yet) তা যাওরিবা য় গী শউমগা চাও-রাক্না মান্নৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাও থাই :–

য়াম, flour
য়েক, clan
য়োৎ, iron

য় অসি সংযুক্ত ব্যঞ্জন ময়েক (consonant cluster) গী শকক অমা ওইনা মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) থরগী মনুং থংণ্ডি :–

ক্যাং, a kind of flower
খ্যাও √কং (dry) বু মতেং পাংবা, খ্যাও কংবা
ঙ্যাও, √খোং (mew) বু মতেং পাংবা, ঙ্যাও ঙ্যাও খোংবা
শ্যাও, √লাও (to be বু মতেং পাংবা, শ্যাও লাওবা

৭৪ ৱ (voiced bi-labial semi-vowel) :—মসিগী শউম অসি ইংরেজী ৱাহৈ ৱাক (walk) তা য়াওবা ৱ গী শউমগা চাও-রাক্না মান্নৈ। মসি মৈতৈলোনগী অক্ষর (syllable) গী মাও থাই :—

ৱা, bamboo
ৱাই, husk

ৱ অসি সংযুক্ত ব্যঞ্জন ময়েক (consonant cluster) ওইনা মৈতৈলোনগী অক্ষরগী ময়াই থংণ্ডি :—

খ্বাই, many people খ্বাইনা য়াবা
খ্বাঙ, waist.

## ৭। প্রকার
## ( mood )

৪৯৮ (১) সম্ভাবনা সূচক প্রকার ( potential mood ) গী শকলোন ( construction ) অনি :—সম্ভাবনা সূচক প্রকার po-tential mood ) না শকলোন ( construction ) অনি পুখোকই। মসিগী শকলোন ( construction ) অনি অদু মথাদা উৎলি :—

(ক) সম্ভাবনা সূচক প্রকারগী অশাংবা শকলোন infinitival potential mood )—চাগদৌবনি, he must eat

(খ) সম্ভাবনা সূচক প্রকারগী অহংবা শকলোন ( interroga-tive potential mood )—চাগদৌব্রা, must he eat

৪৯৮ (২) সম্ভাবনা সূচক প্রকার ( potential mood ) গী শকলোন ( construction ) অনি অসি বর্ত্তমান কালগী অচম্বা মওংগী অশাংবা শকলোন ( infinitival present indefinite ) অমসুং মসিগী অহংবা শকলোন ( interrogative present indefinite ) দা কদৌ ( potential infix ) তপ্লগা শেম্মি। কদৌ (potential infix ) না নিষেধ বাচক ( negative ) তা লোইদৌ ওল্লি।

সম্ভাবনা সূচক প্রকার গী অশাংবা শকলোন ( infinitival po-tential mood ) দা সহায়ক সমাপীকা ক্রিয়া ( auxiliary finite verb ) ওই, ঙাই, তাই শিজিন্নদে :—

৪৯৮ (৩) অশাংবা শকলোন ( infinitival potential mood )

চাগদৌবনি, he must eat ( চাগদৌবা, infinitive+ নি, auxiliary finite verb )

চারোইদৌবনি, he must not eat ( চারোইদৌবা, in-finitive+নি, a. f. v. )

৪৯৮ (৪) অহংবা শকলোন ( interrogative potential mood )

চাগদৌবগে, চাগদৌবনো, who must eat, চাগদৌব্রা, must he eat ( চাগদৌবা, infinitive+কে/নো/রা, auxiliary finite verbs )

চারোইদৌবগে, চারোইদৌবনো, who must not eat, চারোইদৌব্রা, must he not eat ( চারোইদৌবা, infinitive+কে/নো/রা, auxiliary finite verbs )

৪৯৯ (১) অজ্ঞার্থক প্রকার ( imperative mood ) গী শকলোন ( construction ) অমি :—অজ্ঞার্থক প্রকার ( imperative mood ) না শকলোন ( construction ) অনি পুথোকই। মসিগী শকলোন ( construction ) অনি অমু মথাদা উৎনি :—

(ক) অজ্ঞার্থক প্রকারগী অতেনবা শকলোন ( participial imperative mood ) :—চাও, eat, চাগনু, don't eat

(খ) অজ্ঞার্থক প্রকারগী অহংবা শকলোন ( interrogative imperative mood ) :—চাওরা, should I eat

৪৯৯ (২) অজ্ঞার্থক প্রকারগী অতেনবা শকলোন ( participial imperative mood) :—অজ্ঞার্থক প্রকারগী অতেনবা শকলোন ( participial imperative mood ) অসি ধাতু ( verbal root ) নত্রগা চাওথোকহল্লবা ধাতু ( affixed verbal root ) দা বিভক্তি ( finite verbal suffix ) ও ভগ্নগা শেম্মি। ও ( finite verbal suffix ) না নিষেধ বাচক ( negative ) তা কনু ওন্নি। বিভক্তি ( finite verbal suffix ) ও, কনু, অসি—৪৪১ (১) গুবা তাংকক্তা নৈনখ্রে।

অতেনবা শকলোন ( participial imperative mood )

চাও, eat ( √চা+ও, finite verbal suffix )

চাগনু, don't eat ( √চা+কনু, finite verbal suffix)

৪৪৯ (৩) অজ্ঞার্থক প্রকারগী অহংবা শকলোন ( interrogative imperative mood ):—অজ্ঞার্থক প্রকারগী অহংবা শকলোন ( interrogative imperative mood ) অসি মসিগী অতেনবা শকলোন ( participial imperative mood ) দা সহায়ক সমাপীকা ক্রিয়া ( auxiliary finite verb )— কে, লা তপ্নগা শেম্মি। কে, লা অসি—৪৫১ শুবা তাংকক্তা নৈনম্রে।

অজ্ঞার্থক প্রকারগী অহংবা শকলোন ( interrogative imperative mood ) অসি উত্তম পুরুষ সর্ব্বনাম ( first personal pronoun ) শিংগী মতাংদা শিজিন্নৈ :—

অহংবা শকলোন ( interrogative imperative mood )

চাওগে, how should I eat ( চাও, participial imperative mood + কে, auxiliary finite verb )

চাওরা, should I eat ( চাও participial imperative mood + লা, auxiliary finite verb )

চাগনুগে, how should I not eat ( চাগনু, participial imperative mood + কে, auxiliary finite verb )

চাগনুরা, should I not eat ( চাগনু, participial imperative mood + লা, auxiliary finite verb )

৫০০ (১) উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood ) গী কাওরূপ অহুম :— পুরুষ ( person ) অমসুং বচন ( number ) গী মতুং ইন্না উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood ) দু কাওরূপ অহুম খোক্লা থাম্লোকই। মসিগী কাওরূপ অহুম অমু মথাদা উৎলি :—

(ক) উত্তম পুরুষ বহুবচন—উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood—first person plural )

(খ) উত্তম পুরুষ একবচন—উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood—first person singular )

(গ। অন্যপুরুষ উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood—third person )

৫০০ (২) উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood ) গী কাওলুপ অহুমকী শকলোন ( construction ) অনি :—উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood ) গী কাওলুপ অহুম্মরা শকলোন ( construction ) অনি পুথোকই। মসিগী কাওলুপ অহুমগী শকলোন ( construction ) অনি অদু মথাদা উৎলি :—

(ক) উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood ) গী কাওলুপ অহুম্মকী অভেনবা শকলোন ( participial construction )

(খ) উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood ) গী কাওলুপ অহুম্মকী অহংবা শকলোন ( interrogative construction )

৫০১ (১) উত্তম পুরুষ বহুবচন উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood—first person plural number ) :—মসি উত্তম পুরুষ বহুবচন ( first personal plural pronoun ) শিংগী মতাংদা শিজিনৈ।

৫০১ (১—ক) উত্তম পুরুষ বহুবচন উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকারগী অভেনবা শকলোন ( participial hortative mood—first person plural ) :—মসি ধাতু ( verbal root ) নত্রগা চাওথোকহনবা ধাতু ( affixed verbal root ) দা শিং ( finite verbal suffix )

তপ্পগা লেপ্মি। শি ( f. v. s. ) না নিষেধ বাচক ( negative ) ওা কন্নুশি, লোইশি ওল্লি। শি, কন্নুশি, লোইশি অসি—৪৪৩ শুবা তাংকক্তা নৈনখ্রে।

অতৈনবা শকলোন ( participial hortative mood—first person plural )

চাশি, let us eat ( √চা, eat + শি, finite verbal suffix )

চাগন্নুশি, চারোইশি, let us not eat ( √চা + কন্নুশি/ লোইশি, finite verbal suffixes )

৫০১ (১—খ) উত্তম পুরুষ বহুবচন—উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকারগী অহংবা শকলোন ( interrogative hortative mood—first person plural number :— অসি উত্তম পুরুষ একবচন উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকারগী অতৈনবা শকলোন (participial hortative mood —first person plural number ) দা সহায়ক সমাপীকা ক্রিয়া ( auxiliary finite verb )– কে, নো, রা—তপ্পগা লেপ্মি। কে, নো, রা অসি—৪৬১ শুবা তাংকক্তা নৈনখ্রে।

অহংবা শকলোন (interrogative hortative mood—first person plural number )

চাশিগে, চাশিনো, how should we eat, চাশিরা, should we eat ( চাশি, participial hortative mood—first person plural number + কে/নো/রা, finite verbs )

চাগন্নুশিগে, চাগন্নুশিনো চারোইশিগে, চারোইশিনো, how should we not eat ; চাগন্নুশিরা, চারোইশিরা, should we not eat ( চাগন্নুশি, চারোই শি, participial hortative mood—first person plural number + কে/নো/রা, auxiliary finite verbs )

৫০১ (২—ক) উত্তম পুরুষ একবচন—উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood—first person singular number ):— মসিনা অতেনবা শকলোন ( participial construction ) অমসুং অশাংবা শকলোন ( interrogative construction ) পুথোকই।

৫০১ (২—খ) উত্তম পুরুষ একবচন—উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকারগী অতেনবা শকলোন ( participial hortative mood—first person singular number ):—মসি একবচন উত্তম পুরুষ সর্ব্বনাম ( first personal singular pronoun ) শিংগী মরীদা শিজিনৈ। মসি ধাতু ( verbal root ) নত্রগা চাওথোকহল্লবা ধাতু ( affixed verbal root ) দা কে ( finite verbal suffix ) তপ্পগা শেম্মি। কে ( f. v. s. ) অসি নিষেধ বাচক ( negative ) তা শিজিন্নদে। মসি ৪৫২ শুবা অাংকক্তা নৈনখ্রে।

অতেনবা শকলোন ( participial hortative mood—first person singular number )

চাগে, let me eat (√ চা+কে, finite verbal suffix)

৫০১ (২—গ) উত্তম পুরুষ একবচন—উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকারগী অহংবা শকলোন ( interrogative hortative mood—first person singular number ):—মসি মধ্যম পুরুষ সর্ব্বনাম ( second personal pronoun ) শিংগী মরীদা শিজিনৈ। মসি উত্তম পুরুষ একবচন—উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকারগী অতেনবা শকলোন ( participial hortative mood—first person singular number ) দা সহায়ক সমাপীকা ক্রিয়া ( auxiliary finite verb ) কে, লা তপ্পগা শেম্মি। কে, লা অসি—৪৬০ শুবা তাংকক্তা নৈনখ্রে।

অহংবা শকলোন (interrogative hortative mood—first person singular number )

চাগেগে, how should you eat, চাগেরা, should you eat ( চাগে, priticipial hortative mood—first person singular+কে/লা, auxiliary finite verbs)

৫০২ (১) অন্য পুরুষ—উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood—third person ):—মসি অন্য পুরুষ সর্ব্বনাম ( third personal pronoun ) শিংগী মরোঁদা শিজিনৈ।

৫০২ (২) অন্য পুরুষ উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকারগী অতেনবা শকলোন (participial hortative mood—third person):—মসি ধাতু verbal root ) নত্রগা চাওথোকপ্লবা ধাতু (affixed verbal root) দা শন্নু ( finite verbal suffix ) তপ্লগা শেম্মি। শন্নু ( f. v. s. ) না নিষেধ বাচক ( negative ) তশন্নু ওম্মি। শন্নু, তশন্নু অসি—৪৪৪ শুবা তাংকক্তা নৈনখ্রে।

অতেনবা শকলোন (participial hortative mood—third person )

চাশন্নু, let him ( them ) eat ( √চা+শন্নু, finite verbal suffix )

চাদশন্নু, let him ( them ) not eat ( √চা+তশন্নু, finite verbal suffix )

৫০২ (৩) অন্য পুরুষ উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকারগী অহংবা শকলোন ( interrogative hortative mood—third person ):—মসি অন্য পুরুষ উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকারগী অতেনবা শকলোন ( participial hortative mood—third person ) দা সহায়ক সমাপিকা ক্রিয়া ( auxiliary finite verb ) কে, লা তপ্লগা শেম্মি। কে, লা অসি ৪৬২ শুবা তাংকক্তা নৈনখ্রে।

অহংবা শকলোন ( interrogative hortative mood—third person )

চাশন্নুগে, how should he ( they ) eat, চাশন্নুরা, should he ( they ) eat ( চাশন্নু, participial hortative mood—third person + কে/লা, auxiliary finite verbs )

চাদশন্নুগে, how should he ( they ) not eat, চাদশন্নুরা, should he (they) not eat ( চাদশন্নু, participial hortative mood—third person + কে/লা, auxiliary finite verbs )

---

## ৮। প্রকার ( mood ) অমসুং কাল বাচক বন্ধমূল ( tense infix )

৫০৩ (১, প্রকার (mood) অমসুং কাল বাচক বন্ধমূল ( tense infix ) শিং :– প্রকার ( mood ) অহুমগী মতাংদা সমাপীকা ক্রিয়া ( finite verb দা কাল বাচক বন্ধমূল ( tense infix ) অয়াম্বা অসি তপ্পা য়াই। প্রকার ( mood ) গা লোয়নবা মতাংদা কাল বাচক বন্ধমূল ( tense infix ) থরনা য়াহৈ লৈতেং ( pleonastic infix ) ওই, অমসুং মখোয় থরনা মশাগী অর্থ কোংদোকই।

৫০৩ (২) কদৌ ( potential infix ) না কাল বাচক বন্ধমূল ( tense infix ) শিংগী মতুং থংজি।

৫০৪ থ্র, ল, লক, লকল ( pleonastic infixes ) :– ল ( infix of perfection ), লক ( infix of continuity ), থ্র ( খি, infix of progression + ল ) অমসুং লকল ( লক+ল ) অসিনা প্রকার ( mood ) অহুমগী মতাংদা য়াহৈ লৈতেং ( pleonastic infix ) ওই :–

চাথ্রো, চারো, চারকউ, চারকলো ( participial imperative mood )—do eat (√চা + থ্র/ল/লক/লকল, pleonastic infixes + ও, finite verbal suffix )

চাথ্রশি, চারশি, চারকশি, চারকলশি ( participial hortative mood—first person plural number ) let us eat

চাথ্রগদৌবনি, চারগদৌবনি, চারককদৌবনি, চারকলগদৌবনি ( infinitival potential mood )—he must eat

৫•৫ খি, লকখি, লমখি ( infixes of progression ) :— লকখি অমসুং লমখি অসি খি ( infix of progression ) দা লক ( infix of continuity ) অমসুং লম ( infix of perfection ) বু বাহৈ নৈতেং ( pleonastic infix ) ওইনা তপ্লগা শেম্বনি। মখোয় অনিনা খি (infix of progression) গী অর্থবু চেৎশিনহল্লি। মখোয় অহুম অসি প্রকার ( mood ) অহুমগী মতাংদা শিজিন্নৈ :—

চাখো, চারকখো, চারমখো ( participial imperative mood )—carry on eating ( √চা+খি/লকখি/লমখি, infixes of progression+ও, finite verbal suffix )

চাখিশি, চারকখিশি, চারমখিশি ( participial hortative mood—first person plural number )—let us carry on eating

চাখিগদৌবনি, চারকখিগদৌবনি, চারমখিগদৌবনি ( infinitival potential mood )—he must be eating

৫•৬ লম, খিরম, লকলম, লমল ( infixes of perfection ):—খিরম, লকলম, লমল অসি লম ( infix of perfection ) দা খি ( infix of progression ), লক ( infix of continuity ) অমসুং ল (infix of perfection) বু বাহৈ নৈতেং ( pleonastic infix ) ওইনা তপ্লগা শেম্বনি। মখোয় অহুম্না লম ( infix of perfection ) গী অর্থবু চেৎশিলহল্লি। মখোয় মরী অসি প্রকার ( mood ) অহুমগী মতাংদা শিজিন্নৈ :—

পুরম্মো, পুখিরম্মো, পুরকলম্মো, পুরমলো ( participial imperative mood )—do have it brought (√পু, bring+লম/খিরম/লকলম/লমল, infixes of perfection+ও, finite verbal suffix )

পূরমশি, পুথিরমশি, পূরকলমশি, পূরমলশি ( participial hortative mood—first person plural number ) let us have it brought

পূরমগদৌবনি, পুথিরমগদৌবনি, পূরকলমগদৌবনি, পূরমলগদৌবনি ( infinitival potential mood )—he must have brought

---

# ৯। ৱাহৈ লৈতেং

## ( pleonastic particles )

৫০৭ ৱাহৈ লৈতেং ( pleonastic particle ) তরেৎ :— সমাপীকা ক্রিয়া ( finite verb ) গী অর্থ চেৎশিনহন্নবা, মসিগী বিভক্তি ( finite verbal suffix ) অমসুং সহায়ক সমাপীকা ক্রিয়া ( auxiliary finite verb ) দা তপ্পা চৈতপপু ৱাহৈ লৈতেং ( pleonastic particle ) কৌই।

মৈতৈলোনগী কায়াৎ মমুংদা ৱাহৈ লৈতেং ( p. p. ) তরেৎথক লৈ। মখোয় অদুদি —কো, তা, তো, না, নে, পা, শে অসিনি।

৫০৮ অতাইবা ৱাহৈ লৈতেং ( compound pleonastic particle ) তরুক :—ৱাহৈ লৈতেং ( pleonastic particle ) অনি ত্তিন্নরগা, অতাইবা ৱাহৈ লৈতেং ( compound pleonastic particle ) শেম্মি। মসি ( c. p. p. ) না ৱাহৈ লৈতেং ( p. p. ) গুম্না সমাপীকা ক্রিয়া ( finite verb ) গী অর্থ চেৎশিনহল্লি।

মৈতৈলোনগী কায়াৎ মমুংদা অতাইবা ৱাহৈ লৈতেং ( c. p. p. ) তরুকথক লৈ। মখোয় অদুদি—কবা, তকো, তনা, নকো, নশে, নেশে অসিনি।

তকো, নাকো, নেকো অসিদি—তা, না অমসুং নে দা কো তপ্পগা শেম্বনি। কা অমসুং পা, তা অমসুং না, না অমসুং শে ত্তিন্নরগা মথংশিৎনা কবা, তনা, নশে শেম্মি।

৫০৯ ৱাহৈ লৈতেং তরেৎ অমসুং অতাইবা ৱাহৈ লৈতেং তরুককী শিজিন্নফম :—ৱাহৈ লৈতেং ( p. p. ) তরেৎ অমসুং অতাইবা ৱাহৈ লৈতেং ( c. p. p. ) তরুক অসি অজ্ঞার্থক প্রকার ( imperative mood ) অমসুং উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার ( hortative mood ) গী

অতৈনবা শকলোন ( participial construction ) গী মতাংদা শিজিন্নৈ :—

থকউকো, থকউদা, থকউদো, থকউদনা, থকউনে, থকউশে ( থকউ, participial imperative mood + কো/দা/দো/না/নে/শে, pleonastic particles )

থকউগবা, থকউদকো, থকউদনা, থকউনকো, থকউনশে ( থকউ, participial imperative mood + কবা/দকো/দনা/নকো/নশে, compound pleonastic particles )

থকশিগবা, থকশিদকো, থকশিদনা, থকশিনকো, থকশিনশে ( থকশি, participial hortative mood—first person plural number + কবা/দকো/দনা/নকো/নশে, compound pleonastic particles )

থকশিকো, থকশিদা, থকশিদো, থকশিনা, থকশিনে, ( থকশি, participial hortative mood—first person plural number + কো/দা/দো/না/নে, pleonastic particles )

৫১০ দো, নে ঃ—অজ্ঞার্থক প্রকার ( imperative mood ) অমসুং উৎসাহ বর্দ্ধক প্রকার (hortative mood) গী অহংবা শকলোন ( interrogative construction ) গী মতাংদা বাহৈ লৈতেং (p. p.) দো, নে শিজিন্নৈ :—

থকউরদো, থকউরনে, ( থকউরা, interrogative imperative mood + দো/নে, pleonastic particles )

থকশিরদো, থকশিরনে ( থকশিরা, interrogative hortative mood—first person plural number + দো/নে, pleonastic particles )

৫১১ কো, তা, তো, না, নে অমস্থং তনা :- সম্ভাবনা সুচক প্রকার ( potential mood ), কাল ( tense ) অহুমগী মওং (form) মরী অমস্থং সাধ্য কাল ( potential tense ) অহুমগী মওং ( form ) অনিগী মতাংদা, মথোয়গী অতেনবা শকলোন ( participial construction ) অমস্থং অশাংবা শকলোন (infinitival construction) গী মরীদা বাহৈ লৈতেং ( p. p. ) - কো, তা, তো, না, নে অমস্থং অতাইবা বাহৈ লৈতেং ( c. p. p. তনা শিজিন্নৈ :—

থককদোবনিকো, থককদোবনিদা, থককদোবনিদো, থককদোবনিনা, থককদোবনিনে, ( infinitival potential mood + কো/তা/তো/না/নে, pleonastic particles )

থককদোরেকো, থককদোরেদা, থককদোরেদো, থককদোরেনা, থককদোরেনে ( থককদোরে, participial potential present perfect + কো/তা/তো/না/নে, p. p. )

থকলমগনিকো, থকলমগনিদা, থকলমগনিদো, থকলমগনিনা, থকলমগনিনে ( থকলমগনি, participial future perfect + কো/তা/তো/না/নে, p. p. )

৫১২ নে :— সম্ভাবনা সুচক প্রকার ( potential mood ), কাল ( tense ) অহুমগী মওং ( form ) মরী অমস্থং সাধ্য কাল ( potential tense ) অহুমগী মওং ( form ) অনিগী মতাংদা, মথোয়গী অহংবা শকলোন ( interrogative construction ) গী মরীদা নে ( pleonastic particle ) শিজিন্নৈ :—

থককদোব্রনে ( থককদোব্রা, interrogative potential mood + নে, pleonastic particle), must he drink

থককদোরব্রনে ( থককদোরব্রা, interrogative potential present perfect + নে, p. p. ) has he been about to drink

থকলমগব্রনে ( থকলমগব্রা, interrogative future perfect + নে, p. p. )

## মণ্ডাশুবা শরুক

## ১। কৃত

( infinite verbal suffix )

৫১৩ (১) অস্তিম অক্ষর ( primary suffix ) :— অস্তিম অক্ষর ( primary suffix অসি ৩৪৯ শুবা তাংকক্তা নৈনল্লে।

৫১৩ (২) অস্তিম অক্ষর ( primary suffix ) শিংগী কাণ্ডমুপ অনি :—অস্তিম অক্ষর ( primary suffix ) শিংবু কাণ্ডমুপ অনি খোরা খারদোকই। মখোয়গী কাণ্ডমুপ অনি অচু মখাদা উৎলি :—

(ক) বিভক্তি ( finite verbal suffix ) শিং

(খ) কৃত ( infinite verbal suffix ) শিং

৫১৪ (১) বিভক্তি ( finite verbal suffix ) :— সমাপীকা ক্রিয়া ( finite verb ) গী মরীদা কাল ( tense ), সাধ্য কাল ( potential tense ) অমসুং প্রকার ( mood ) গী অতোনবা শকলোন (participial construction) শেম্বা মতাংদা ধাতু (verbal root) নত্রগা চাওখোকহল্লবা ধাতু (affixed verbal root) দা তপ্পা অস্তিম অক্ষর ( primary suffix ) বু বিভক্তি ( finite verbal suffix ) কৌই :—

ই (finite verbal suffix)—ককই, (finite verb—participial present indefinite—√কক + ই, finite verbal suffix )—he cuts

৫১৪ (২) বিভক্তি ( finite verbal suffix ) শিং অসি ৪৭০ শুবা তাংকক্তগী ৪৪৪ শুবা তাংকক ফাওবগী মমুংদা নৈনল্লে।

৫১৫ কৃত ( infinite verbal suffix ) :—অসমাপীকা ক্রিয়া ( infinite verb ) শেম্বা মতাংদা ধাতু ( verbal root ) নত্রগা

চাওথোকহল্লবা থাতু ( affixed verbal root ) দা তপ্লা অন্তিম অক্ষর ( primary suffix ) বু কৃত (infinite verbal suffix) কৌই :—

না ( infinite verbal suffix )—তপ্না ( adverb ; √তপ, slow+না, infinite verbal suffix )—slowly

৫১৬ কৃত ( infinite verbal suffix ) শিংগী কাণ্ডলুপ অনি :--কৃত ( infinite verbal suffix ) শিংবু কাণ্ডলুপ অনি থোক্লা থায়দোকই। মথোয়গী কাণ্ডলুপ অনি অদু মথাদা উৎনি :—

(ক) অশাংবা কৃত ( infinitival particle ) শিং

(খ) অভেনবা কৃত ( participial particle ) শিং

৫১৭ অভেনবা কৃত ( participial particle ) :— কৃদান্ত ( participle ) শেম্বদা থাতু ( verbal root ) নত্রগা চাওথোকহল্লবা থাতু ( affixed verbal root ) দা তপ্লা কৃত ( infinite verbal suffix ) বু অভেনবা কৃত ( participial particle ) কৌই :—

না ( participial particle )—পাকনা ( participle—viz, adverb ; √পাক, wide+না, participial particle )—widely.

লপ ( participial particle ) পাকলপ ( participle, viz., adverb ) somewhat wide

৫১৮ অশাংবা কৃত ( infinitival particle ) :— সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) শেম্বা মতাংদা থাতু ( verbal root ) নত্রগা চাওথোকহল্লবা থাতু (affixed verbal root) অমসুং বিশেষ্য (noun) শেম্বা মতাংদা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) দা তপ্লা কৃত ( infinite verbal suffix ) বু অশাংবা কৃত ( infinitival particle ) কৌই।

৫১৯ অশাংবা কৃত ( infinitival particle ) অনি :—মৈতৈলোনগী কায়াৎ মমুংদা অশাংবা কৃত ( infinitival particle ) অনি লৈ। মখোয় অনি অদুদি ঈ, পা অসিনি।

৫২০ পা ( infinitival particle ) :—ধাতু (verbal root) নত্রগা চাওখোকহল্লবা ধাতু ( affixed verbal root ) দা পা ( infinitival particle ) তল্লগা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) শেম্মি :—

নকপা ( infinitive, √নক, near+পা, infinitival particle )—to be near

লাপ্পা ( infinitive, √লাপ, far+পা, i. p. )—to be far

চাওবা ( infinitive, √চাও, big+পা, i. p. )—to be big

পীকপা ( infinitive, √পীক, small+পা, i. p. )—to be small

৫২১ ঈ ( infinitival particle ):— বিশেষ্য ( noun ) শেম্বা মতাংদা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) দা ঈ ( infinitival particle ) তম্মি :—

চৎনবী ( noun ; চৎনবা, infinitive+ঈ, infinitival particle )—custom

চনম্বী (noun ; চ, primary prefix + নম্বা, infinitive +ঈ, i. p. )—gum

## ২। সামান্য ক্রিয়া
### ( infinitive )

৫২২ (১) সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) :– সামান্য ক্রিয়া (infinitive ) অসি পৌরপা—৫২৩ শুবা তাংকক্তা নৈনপ্রে। মসি মভাং অসিদা মচা খায়না নৈনরি।

৫২২ (২) সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) গী শিন্থা মঙা :– সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) না শিন্থা মঙাথক পাঙথোকই। মসিগী শিন্থা মঙা অদু মখাদা উৎলি :–

(ক) অর্থ সীমিত বৃত্তি ( qualifying funotion )
(খ) বাস্তব বৃত্তি ( substantive funotion )
(গ) ভাব সীমিত বৃত্তি ( modifying funotion )
ঘ) গুণ বাচক বৃত্তি ( attributive function )
(ঙ) নমণীয় বৃত্তি ( formative funotion )

৫২৩ (১) সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) গী অর্থ সীমিত বৃত্তি ( qualifying funotion ): কাল (tense) অহুমগী মতেং লৌরগা অর্থ সীমিত উপবাক্য ( subordinate qualifiying olause ) গী মচেৎ অমা ওইনা বিশেষ্য ( noun ) অমসুং সর্ব্বনাম ( pronoun ) গী মতিক মগুণ তাকপবু সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) গী অর্থ সীমিত বৃত্তি ( qualifying funotion ) কৌই।

৫২৩ (২) অর্থ সীমিত সামান্য ক্রিয়া ( qualifying infinitive ) :– অর্থ সীমিত বৃত্তি (qualifying funotion) পাঙথোকপা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) বু অর্থ সীমিত সামান্য ক্রিয়া ( qualifying infinitive ) কৌই :—

হায়রিবা ( simple qualifying infinitive— present progressive— √হায়, say + লি, present progressive + পা, infinitival particle )—মহাক্না হায়রিবা বা ( subordinate qualifying clause )—the word which he is saying ; মহাক্না হায়রিবা বা অদু তাশি, ( complex sentence )—let us hear the words which he is saying.

৫২৪ (১) সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) গী বাস্তব বৃত্তি ( substantive function ) :— কাল ( tense ) অহুমগী মতেং লৌরগা বিশেষ্য উপবাক্য ( subordinate noun clause ) গী মচেৎ অমা ওইনা মুখ্য উপবাক্য ( principal clause ) গী কর্ত্তা ( subject ) নত্রগা কর্ম্ম ( object ) ওইবা নত্রগা ৱাহৈ পরেং ( sentence ) অমগী মনুংদা বিশেষ্য ( noun ) গী থবক তৌববু সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) গী বাস্তব বৃত্তি ( substantive function ) কৌই।

৫২৪ (২) বাস্তব সামান্য ক্রিয়া ( substantive infinitive ) :—বাস্তব বৃত্তি ( substantive function ) পাঙথোকপা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) বু বাস্তব সামান্য ক্রিয়া ( substantive infinitive ) কৌই :—

হায়রিবা ( simple substantive infinitive—present progressive — √হায়, say + লি, present progressive + পা, infinitival particle )—মহাক্না হায়রিবা অদু ( subordinate noun clause ) - what he is saying, মহাক্না হায়রিবা অদু তাশি ( complex sentence )—let us hear what he is saying.

৫২৫ (১) সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) গী ভাব সীমিত বৃত্তি ( modifying function ) :-- বর্ত্তমান অমসুং ভুত কাল ( present and past tense), কারকী চৈতপ ( case inflexional termination ), সম্বন্ধবোধক ( post position ) অমসুং বিশেষ্য ( noun ) গী মতেং লৌরগা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য ( subordinate adverb clause ) গী মচেৎ অমা ওইনা মুখ্য উপবাক্য ( principal clause ) গী সমাপীকা ক্রিয়া ( finite verb ) গী ভাবকী পংথৈ লাকশিনববু সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) গী ভাব সীমিত বৃত্তি ( modifying function ) কৌই।

৫২৫ (২) ভাব সীমিত সামান্য ক্রিয়া ( modifying infinitive ) :— ভাব সীমিত বৃত্তি ( modifying function ) পাগৎখোকপা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) বু ভাব সীমিত সামান্য ক্রিয়া ( modifying infinitive ) কৌই :—

চৎলবদি simple modifying infinitive—present perfect—√চৎ, go+ল, present perfect+পা, infinitival particle+দি, post position )—মহাক্না চৎলবদি (subordinate adverb clause ) if he goes ; মহাক্না চৎলবদি, ঐশু চৎকনি ( complex sentence )—I shall go if he goes.

৫২৬ (১) সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) গী গুণবাচক বৃত্তি ( attributive function ) :—বর্ত্তমান কাল ( present tense ) অমসুং অ (primary prefix) গী মপান তাংলগা, বিশেষ্য ( noun ) অমসুং সর্ব্বনাম ( pronoun ) গী মথিক মগুণ তাকপবু সামান্য ক্রিয়া (infinitive) গী গুণ বাচক বৃত্তি (attributive function) কৌই।

৫২৬ (২) গুণ বাচক সামান্য ক্রিয়া (attributive infinitive) :—গুণ বাচক বৃত্তি (attributive function) পাঙথোকপা সামান্য ক্রিয়া (infinitive) বু গুণ বাচক সামান্য ক্রিয়া (attributive infinitive) কৌই :—

> অফুৎপা (simple attributive infinitive—present perfect)—অ, primary infix+√ফুৎ, boil +পা, infinitival particle)—অফুৎপা য়েরুম, boiled egg.

৫২৭ (১) সামান্য ক্রিয়া (infinitive) গী নমণীয় বৃত্তি (formative function) :— মথন্তুনা নক্লগা অশাংবা কৃত (infinitival particle) গী মপান তাংলগা, বিশেষ্য (noun), সম্বন্ধবোধক (post position, সংযোজক (conjunction) নচিংবগী শিন্না পাঙথোকপবু সামান্য ক্রিয়া (infinitive) গী নমণীয় বৃত্তি (formative function) কৌই।

৫২৭ (২) নমণীয় সামান্য ক্রিয়া (formative infinitive) :— নমণীয় বৃত্তি (formative function) পাঙথোকপা সামান্য ক্রিয়া (infinitive) বু নমণীয় সামান্য ক্রিয়া (formative infinitive) কৌই :—

> ফাওবা (formative infinitive—present indefinite—used as post position—√ফাও, pass through+পা, infinitival particle)—as far as —মোইরাং ফাওবা, as far as Moirang.

# ৩। অর্থ সৌমিত বৃত্তি

( qualifying function )

৫২৮ (১) সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) গী অর্থ সৌমিত বৃত্তি ( qualifiying function ) :— মসি পৌরপ্পা ৫২৩ শুবা তাংকক্তা নৈনরে। মসি মতাং অসিদা মচা খায়না নৈনরি।

৫২৮ (২) অর্থ সৌমিত বৃত্তি ( qualifying function ) গী মচাক অমসুং পোৎচংশিং :—অর্থ সৌমিত বৃত্তি ( qualifying function ) গী মতাংদা, সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) না কাল ( tense ) অহুমগী মওং ( form ) মরীমকী অর্থ কোংদোকই। মরম অসিনা কাল বাচক বন্ধমুল ( tense infix ) শিংবু সামান্য ক্রিয়া (infinitive) দা তপ্পি।

৫২৯ বর্ত্তমান কালগী অচম্বা মওং (present indefinite) :— অর্থ সৌমিত বৃত্তি ( qualifying function ) গী মতাংদা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) মতোমতনা বর্ত্তমান কালগী অচম্বা মওং ( present indefinite ) গী অর্থ কোংদোকই :—

> হায়বা ( simple qualifying infinitive—present indefinite)—মহাক্না হায়বা বা (subordinate qualifying clause )—the word which he says, মহাক্না হায়বা বা তাশি (complex sentence)—let us hear the word which he says.

৫৩০ বর্ত্তমান কাল ( present tense ) গী অতৈ মওং (form) অহুম অমসুং ভুত কাল ( past tense ) গী মওং ( form ) মরী :— অর্থ সৌমিত বৃত্তি ( qualifying function ) মরীদা বর্ত্তমান কাল ( present tense ) গী অচম্বা মওং ( indefinite form ) নত্তবা অতৈ মওং ( form ) অহুম অমসুং ভুত কাল ( past tense ) গী মওং

( form ) মরীগী অর্থ কোংদোকপা মতাংদা, কাল ( tense ) অনি অসিগী হায়রিবা মওং (form) শিং অসিগী কাল বাচক বন্ধমূল ( tense infix ) শিং অদুবু সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) দা তপ্পি :—

হায়রিবা (simple qualifying infinitive—present progressive—√হায়+লি, present progressive +পা, infinitival particle )—মহাক্না হায়রিবা বা ( subordinate qualifying clause )—the word which he is saying, মহাক্না হায়রিবা বা অদু তাশি ( complex sentence )—let us hear the word which he is saying.

হায়খ্রিবা ( simple qualifying infinitive—past progressive—√হায়+খ্রি, past progressive+পা, i. p. ) মহাক্না হায়খ্রিবা ব়া ( subordinate qualifying clause ) the word which he was saying, মহাক্না হায়খ্রিবা বা অদু মণিনা তাখি ( complex sentence )—Mani heard the word which he was saying.

৫৩১ ভবিষ্যৎ কালগী অচম্বা মওং (future indefinite ) :— অর্থ সীমিত বৃত্তি ( qualifying function ) গী মরীদা ভবিষ্যৎ কালগী অচম্বা মওং ( future indefinite ) গী অর্থ কোংদোকপা মতাংদা, সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) দা কদৌরি তপ্পি। কদৌরি ( tense infix ) অসি কদৌ ( potential infix ) অমসুং লি ( infix of progression ) তিন্নরগা শেম্বনি।

হায়গদৌরিবা ( simple qualifying infinitive— future indefinite—√হায়+কদৌরি, tense infix+

পা, i. p. )- মহাক্না হায়গদৌরিবা রা ( subordinate qualifying clause )—the word which he will say, মহাক্না হায়গদৌরিবা রা অদু তাশি ( complex sentence )—let us hear the word which he will say.

৫৩২ ভবিষ্যৎ কাল ( future tense ) গী অতৈ মওং (form) অহুম :- অর্থ সীমিত বৃত্তি ( qualifying function ) গী মরীদা ভবিষ্যৎ কাল ( future tense ) গী অচম্বা মওং (indefinite form) নত্তবা অতৈ মওং form ) অহুমগী অর্থ কে ংদোকপা মতাংদা, অসি-গুম্বা মওং ( form ) অহুম অসিগী কাল বাচক বন্ধমূল (tense infix) অমসুং কদৌরি ( tense infix ) বু সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) দা তপ্পি :—

হায়খিগদৌরিবা ( simple qualifying infinitive —future progressive—√হায়+খি, future progressive+কদৌরি, auxiliary tense infix+পা, i. p. )—মহাক্না হায়খিগদৌরিবা রা ( subordinate qualifying clause )—the word which he will be saying, মহাক্না হায়খিগদৌরিবা রা অদু তাশি ( complex sentence —let us hear the word which he will be saying.

৫৩২ (২) সম্ভাবনা সূচক প্রকার ( potential mood ) :— অর্থ সীমিত বৃত্তি ( qualifying function ) গী মরীদা সম্ভাবনা সূচক প্রকার ( potential mood ) গী অর্থ কোংদোকপা মতাংদা, সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) দা কদৌ ( potential infix ) তপ্পি :—

হায়গদৌবা ( simple qualifying infinitive—potential mood—√হায় + কদৌ, potential infix + পা, i. p. )—মহাক্না হায়গদৌবা ৱা ( subordinate qualifying clause )—the word which he must say, মহাক্না হায়গদৌবা ৱা অদু তাশি ( complex sentence )—let us hear the word which he must say.

৫৩৩ কী (genitive case termination) :—অৰ্থ সীমিত বৃত্তি ( qualifying function ) গী মতাংদা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive) দা কী (genitive case termination) ওয়ি। মশি ( genitive) না সংযোজক (conjunction)-that কী অৰ্থ পোকহল্লি :—

ফাখিবগী ( simple qualifying infinitive—past indefinite—√ফা + খি, past indefinite + পা, i. p. —কী, genitive case termination —খম্বনা কৈ ফাখিবগী ৱাৱি ( subordinate qualifying clause ) —the story that Khamba caught a tiger, খম্বনা কৈ ফাখিবগী ৱাৱি মহাক্না তারম্মি, ( complex sentence ) he heard the story that Khamba caught a tiger.

## ৪। বাস্তব বৃত্তি

( substantive function )

৫৩৪ সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) গী বাস্তব বৃত্তি ( substantive function ) :— মসি পৌরপা ৫২৪ শুবা তাংকক্তা নৈমহে। মসি মতাং অসিদা মচা খায়না নৈমরি।

৫৩৫ কাল ( tense ) অহুম অমস্থং সম্ভাবনা সূচক প্রকার ( potential mood ) :—কাল ( tense ) অহুম অমস্থং সম্ভাবনা সূচক প্রকার ( potential mood ) গী মতাংদা সামান্য ক্রিয়া infinitive ) গী বাস্তম বৃত্তি ( substantive funntion ) গী কীরেপকা মসিগী অর্থ সীমিত বৃত্তি ( qualifying function ) গী কীরেপকা মাথৈ :—

হায়রিবা ( simple substantive infinitive—present progressive—√হায়+লি, present progressive+পা, i p.)—মহাক্না হায়রিবা অহু (subordinate noun clause )—what he is saying, মহাক্না হায়রিবা অহু তাশি (complex sentence )—let us hear what he is saying.

হায়খিগদৌরিবা ( simple substantive infinitive —future progressive ) মহাক্না হায়খিগদৌরিবা অহু ( subordinate noun clause )—what he will be saying.

হায়গদৌবা ( simple substantive infinitive—potential mood )—মহাক্না হায়গদৌবা অহু ( subordinate noun clause )—what he must say.

৫৩৬ অদু, অসি :—বাস্তব বৃত্তি (substantive function) গী মতাংদা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) বু নির্দেশক সর্ব্বনাম ( demonstrative pronoun )—অদু, that, অসি, this না মতেং পাংফি :—

মহাক্না হায়গদৌবা অদু, মহাক্না হায়গদৌবা অসি (subordinate noun clause )—what he must say.

৫৩৭ কা, তগী, না, পু :—বাস্তব বৃত্তি (subs antive function ) গী মতাংদা, কা ( post position ), তগী (ablative case termination ), না ( instrumental c. t. ) অমসুং পু ( accussative c. t. ) অসিবু সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) দা নক্রগা মসিবু মতেং পাংলিবা নির্দেশক সর্ব্বনাম ( demonstrative pronoun ) অদু, that, অসি, this দা তপ্পি :—

হায়বগা, হায়বা অদুগা, হায়বা অসিগা ( হায়বা, simple substantive infinitive+কা/অদু+কা/অসি+কা )—মহাক্না হায়বগা ( হায়বা অদুগা/হায়বা অসিগা ) মণিনা হায়বগা মাদৈ—what he says is same as what Mani says.

হায়বদগী, হায়বা অদুদগী, হায়বা অসিদগী, হায়বনা, হায়বা অদুনা, হায়বা অসিনা ( হায়বা, simple substantive infinitive—present indefinite+তগী/অদুদগী/অসিদগী/না/অদুনা/অসিনা ) মহাক্না হায়বদগী ( হায়বা অদুদগী, হায়বা অসিদগী ) মণিনা হায়বনা ( হায়বা অদুনা, হায়বা অসিনা ) হেন্না নুংঙাই—what Mani says is more interesting than what he says.

৫৩৮ ঙাক, তং, তা, তি, মক, শু (post positions) :—বাস্তব বৃত্তি ( substantive function ) গী মতাংদা বাটৈ কৈতেং

pleonastic suffix ) ওইনা সম্বন্ধবোধক ( post position )—ত্তাক, তং, তা, তি, মক, শু অসিনু সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) দা নক্রগা মসিনু মতেং পাংলিবা নির্দেশক সর্ব্বনাম ( demonstrative pronoun ) অদু, that, অসি, this দা তপ্না য়াই :—

হায়বতা, হায়বা অদুতা হায়বা অসিতা, হায়বদি, হায়বা অদুদি, হায়বা অসিদি, হায়বশু, হায়বা অদুশু, হায়বা অসিশু ( হায়বা, simple substantive infinitive + তা/তি/শু/অদু + তা/তি/শু/অসি + তা/তি/শু )—মহাক্না হায়বতা ( হায়বা অদুতা, হায়বা অসিতা, হায়বদি, হায়বা অদুদি, হায়বা অসিদি, হায়বশু, হায়বা অদুশু, হায়বা অসিশু )—what he says.

---

## ৫। ভাব সীমিত বৃত্তি

( modifying function )

৫৩৯ সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) গী ভাব সীমিত বৃত্তি (mo difying function ) :—মসি পৌরপ্পা ৫২৪ শুবা তাংকক্তা নৈনখ্রে। মসি মতাং অসিদা মচা খায়না নৈনরি।

৫৪০ ভাব সীমিত বৃত্তি ( modifying function ) গী মতাংদা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) গী পোৎচং মথল মরী :—ভাব সীমিত বৃত্তি ( modifying function ) গী মতাংদা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) না পোৎচং মথল মরীগী মপান. তাংথি। অসিশুবা পোৎচং মথল মরী অদু মথাদা উৎলি :—

(ক) কারকী চৈতপ ( case inflexional termination ) মরী—কী (genetive), তা ( locative ), দগী (ablative ) অমস্তুং না ( instrumental )

(খ) সম্বন্ধবোধক ( post-position ) তরুক—কা, কুয়া তি, তৌনা, কাওবা অমস্তুং শু

(গ) বিশেষ্য ( noun ) তরুক—থুদিং, মথৈ, মতম, মতুং, মরম অমস্তুং শরুক

(ঘ) কাল বাচক বদ্ধমূল ( tense infix ) মচা—ল ( present perfect ), লি ( present progressive ), খ্র ( past perfect ), খি ( past indefinite ), অমস্তুং খ্রি (past progressive )

কাল বাচক বদ্ধমূল ( tense infix ) অহুম—লম ( past indefinite ), লমল ( past perfect ) অমস্তুং লমলি (past progressive ) অসি ভাব সীমিত বৃত্তি ( modifying function ) গী মতাংদা ইশি শিজিন্নদে।

৫৪১ (১) বর্ত্তমান অমসুং ভুত কালগী অচম্বা মওং ( present and past indefinite ):—ভাব সীখিত বৃত্তি ( modifying function ) গী মতাংদা বর্ত্তমান অমসুং ভুত কালগী অচম্বা মওং ( present and past indefinite ) গী মরীদা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) বু মথাগী পোৎচং তরুক অসিনা মতেং পাংজি :—

(ক) বা ( post position )

(খ) কুম্বা, তোনা ( post positions )

(গ) কদৌ ( potential infix )+কী ( genitive )+শরুক-পুদি ( শরুক, substantive+পু, accusative+তি, post position )

(ঘ) তগী ( ablative ), না( instrumental ), নিনা ( নি, auxiliary finite verb+না, instrumental), মরম্না ( মরম, substantive+না, instrumental )

(ঙ) খুদিংগী, খুদিংদা ( খুদিং, substantive+কী, genitive /তা, locative )

(চ) মতমদা ( মতম, substantive+তা, locative )

৫৪১ (২) বা ( post position ) : - as soon as না মথাত থাবা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য (subordinate adverb clause) গী অর্থবু বা ( post position ) গী মপান তাংলগা ফোংদোকই :—

চৎখিবগা ( simple modifying infinitive—past indefinite—√চৎ+খি, past indefinite+পা, i. p. +বা, post position ) মহাক্না হেক চৎখিবগা ( subordinate adverb clause)—as soon as he went, মহাক্না হেক চৎখিবগা নোং তারম্মি ( complex sentense )—it rained as soon he had gone,

৫৪১ (৩) কুম্না, তৌনা ( post positions ) :—just as... so, as if নচিংবনা মমাঙ থাবা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য ( subordinate adverb clause ) গী অর্থবু সম্বন্ধবোধক ( post position ) —কুম্না, তৌনা গী মপান তাংলগা কোংদোকই :—

পাম্বগুম্না, পাম্বদৌনা ( simple modifying infinitive—present indefinite—√ পাম+পা, i. p.+ কুম্না/তৌনা, p. p. )—খোইনা খোইহি পাম্বগুম্না/পাম্বদৌনা ( subordinate adverb clause )—just as the bee likes honey, খোইনা খোইহি পাম্বগুম্না/ পাম্বদৌনা শনাওনা শঙোম পাম্মি ( complex sentence)—just as the bee likes honey so the calf likes milk.

৫৪১ (৪) কদৌ+কী+শরুকপুদি :—rather than বা মমাঙ থাবা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য ( subordinate adverb clause ) গী অর্থবু কদৌ+কী+শরুকপুদি গী মপান তাংলগা কোংদোকই। কদৌ+কী+শরুকপুদি অসি কদৌ ( potential infix ), কী genitive case termination ) অমসুং শরুকপুদি ( শরুক, substantive+পু, accussative c. t.+দি, post position ) তিময়গা শেম্বনি :—

চৎকদৌবগী শরুকপুদি (simple modifying infinitive —present indefinite—√চৎ+কদৌ, potential infix+পা, i. p.+শরুকপুদি )—কৈনৌ চৎকদৌবগী শরুকপুদি (subordinate adverb clause)—rather than go to Keinou, কৈনৌ চৎকদৌবগী শরুকপুদি কুম্বী চৎচগে ( complex sentence )—let me go to Kumbi rather than go to Keinou.

৫৪১ (৫) তগী, না, নিনা, মরম্না ঃ— as না মনাঙ থাবা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য ( subordinate adverb clause ) গী অর্থ থোক-হনবা মতাংদা, তগী 'ablative case termination), না (instrumental c.t.), নিনা (নি, auxiliary finite verb+না, instrumental c t.) অমসুং মরম্না ( মরম, substantive+না, instrumental c. t. ) অসিনা মতেং পাংঙি :—

কপ্লদগী, কপনা, কপ্লনিনা, কপ্পা মরম্না ( simple modifying infinitive—present indefinite—কপ্পা, infinitive+তগী/না/নিনা/মরম্না )—মহাক্না কপ্লদগী, মহাক্না কপ্লনা, মহাক্না কপ্লনিনা, মহাক্না কপ্পা মরম্না ( subordinate adverb clause )—as he cries, মহাক্না কপ্লদগী /কপ্লনা/কপ্লনিনা/কপ্পা মরম্না, মাবু মপানা ফুবনি ( complex sentence )—his father beats him as he cries.

৫৪১ (৬) খুদিংগী, খুদিংদা :—every time না মনাঙ থাবা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য ( subordinate adverb clause ) গী অর্থ থোকহনবা মতাংদা খুদিংগী, খুদিংদা ( খুদিং, substantive+কী, genitive/তা, locative ) না মতেং পাংঙি :—

চৎখিবা খুদিংগী, চৎখিবা খুদিংদা ( simple modifying infinitive—past indefinite—√চৎ+খি, past indefinite+পা, i. p +খুদিংগী/খুদিংদা)—মহাক্না চৎখিবা খুদিংগী, মহাক্না চৎখিবা খুদিংদা (subordinate adverb clause )—everytime he went, মহাক্না চৎখিবা খুদিংগী/খুদিংদা, মাবু নংনবীরম্মি ( complex sentence) —he was mocked at everytime he went there.

৫৪১ (৭) মতমদা :—when না মমাঙ থাবা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য ( subordinate adverb clause ) গী অর্থ থোকহনবা মতাংদা, মতমদা ( মতম, substantive + তা, locative ) না মতেং পাংঙি :—

চৎখিবা মতমদা ( simple modifying infinitive—past indefinite—√চৎ + খি, past indefinite + পা, i. p. + মতমদা )—মহাক্না চৎখিবা মতমদা (subordinate adverb clause ) when he went, মহাক্না চৎখিবা মতমদা, নোং তারম্মি ( complex sentence )—it rained when he had gone.

৫৪২ (১) বর্ত্তমান অমসুং ভুত কালগী চৎথরিবা মওং (present and past progressive ) :—ভাব সীমিত বৃত্তি ( modifying function ) গী মতাংদা, বর্ত্তমান অমসুং ভুত কালগী চৎথরিবা মওং ( present and past progressive ) গী মরোদা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) বু মথাগী পোৎচং অনি অসিনা মতেং পাংঙি :—

(ক) ত ( negative infix ) + কাওবা ( post position )

(খ) মখৈ ( substantive )

৫৪২ (২) ত + কাওবা :—till, untill না মমাঙ থাবা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য ( subordinate adverb clause ) গী অর্থ থোকহনবা মতাংদা ত ( negative infix ) + কাওবা ( post position ) না মতেং পাংঙি :—

লাক্তিবা কাওবা ( simple modifying infinitive—present progressive—√লাক, come + ত, negative infix + তি, present progressive + পা, i. p. + কাওবা, post position )—মহাক্না লাক্তিবা কাওবা

( subordinate adverb clause )—till he comes, মহাক্না লাক্লিবা ফাওবা মণিনা মাবু ঙাইগনি ( complex sentence )—Mani will wait for him till he comes.

৫৪২ (৩) মথৈ :– so long as না মমাঙ থাবা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য ( subordinate adverb clause ) গী অর্থ থোকহনবা মতাংদা, মথৈ ( substantive ) না মতেং পাংডি :—

লৈখিবা মথৈ (simple modifying infinitive past progressive—√লৈ, + খি, past progressive + পা, i. p + মথৈ (– মহাক্না মীরৈবাক্তা লৈখিবা মথৈ (subordinate adverb clause )—so long as he lived in the foreign country, মহাক্না মীরৈবাক্তা লৈখিবা থৈ, মহোক্না মপানা শেল থারমদে ( complex sentence ) —so long as he lived in the foreign country, his father did not send money to him.

৫৪৩ (১) বর্ত্তমান অমস্যুং ভুত কালগী মপুং ফারবা মওং (present and past perfect ) :—ভাব সীমিত বৃত্তি ( modifying function ( গী মতাংদা বর্ত্তমান অমস্যুং ভুত কালগী মপুং ফারবা মওং ( present and past perfect ) গী মরীদা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) বু মথাগী পোৎচং মথল মরী অসিনা মতেং পাংডি :—

(ক) তা ( locative ), মতুংদা ( মতুং, substantive+তা, locative )

(খ) ডি ( post position )

(গ) ফাওবা ( post position )

(ঘ) শু ( post position )

৫৪৩ (২) তা, মতুংদা ঃ—after না ময়াও থাবা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য (subordinate adverb clause) গী অর্থ থোকহনবা মতাংদা, তা ( locative case termination ) অমসুং মতুংদা ( মতুং, substantive + তা, locative c. t. ) না মতেং পাংফি :—

চৎখ্রবদা, চৎখ্রবা মতুংদা ( simple modifying infinitive—past perfect—√চৎ + ,খ্র past perfect + পা, i. p. + তা, locative/মতুংদা )—মহাক্না চৎখ্রবদা, মহাক্না চৎখ্রবা মতুংদা (subordinate adverb clause) —after he had gone, মহাক্না চৎখ্রবদা/চৎখ্রবা মতুংদা মণি লাকলম্মি ( complex sentence )—Mani came after he had gone.

৫৪৩ (৩) ফি ( post position ) :—if, in case, provided নচিংবনা ময়াও থাবা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য ( subordinate adverb clause ) গী অর্থ থোকহনবা মতাংদা, ফি ( post position ) না মতেং পাংফি :—

চৎলবদি ( simple modifying infinitive present perfect √চৎ + ল, present perfect + পা, i. p. + ফি, post position )—মহাক্না চৎলবদি (subordinate adverb clause)—if he goes, মহাক্না চৎলবদি, মণিসু চৎকনি ( complex sentence ) Mani will go, if he goes.

৫৪৩ (৪) ফাওবা ( post position ) :—even if, even though না ময়াও থাবা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য ( subordianate adverb clause ) গী অর্থ থোকহনবা মতাংদা ফাওবা (post position ) না মতেং পাংফি :—

চৎলবা কাওবা (simple modifying infinitive – present perfect – √চৎ + ল, present perfect + পা, i. p. কাওবা + post position ) – মহাক্না চৎলবা কাওবা (subordinate adverb clause) – even if he goes, মহাক্না চৎলবা কাওবা মণিদি চৎলোই ( complex sentence ) - Mani will not go, even if he goes.

৫৪৩ (৫) শু ( post position ) :– though , although না মমাঙ থাবা ক্রিয়া বিশেষণ উপবাক্য ( subordinate adverb clause ) গী অর্থ থোকহনবা মতাংদা, শু ( post position ) মা মখেং পাংথি :—

চৎলবশু ( simple modifying infinitive—present perfect – √চৎ + ল, present perfect + পা, i. p. + শু, post position )—মহাক্না চৎলবশু ( subordinate adverb clause )—though he goes, মহাক্না চৎলবশু মণিদি চৎলোই ( complex sentence )—Mani will not go though he goes.

৫৪৩ (৬) বর্তমান অমসুং ভূত কাল ( present and past tense) গী মওং (form) অহুমগী অর্থ :—সাধারণ ক্রিয়া (infinitive) গী ভাব সৌষিত বৃত্তি ( modifying function ) গী মতাংদা বর্তমান অমসুং ভূত কাল ( present and past ) গী অচম্বা, চৎথরিবা অমসুং মপুং ফারবা মওং (indefinite, progressive and perfect form) গী অর্থ অসি মরেক লেংবা থাৎলি। মতাং খরদা ভূত কাল ( past tense ) না বর্তমান কাল ( present tense ) অর্থ থোকহল্লি। অতৈ মতাং খরদদা কাল ( tense ) অনিগী মপুং ফারবা মওং ( perfect form ) না মখোয় অনিগী অচম্বা মওং ( indefinite form ) গী অর্থ কোংদোকই। অদুবু মখোয় অনিগী চৎথরিবা মওং ( progressive ) না মশাগী অর্থ খরা মপুং ফানা কোংদোকই।

## ৬। গুণ বাচক বৃত্তি

( attributive function )

৫৪৪ (১) সামান্য ক্রিয়া ( infinitive) গী গুণ বাচক বৃত্তি (attributive function ) :—মসি পৌরপ্পা ৫২৬ শুবা তাংকক্তা নৈনরে। মসি মতাং অসিদা মচা খায়না নৈনরি।

৫৪৪ (২) গুণ বাচক বৃত্তি ( attributive function ) গী পোৎচং :—গুণ বাচক বৃত্তি ( attributive function ) মতাংদা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) মখাগী পোৎচং মখল অনি অসিগী মপান তাংখি :—

(ক) বর্ত্তমান কালগী চৎথরিবা মওং ( present progressive)

(খ) বর্ত্তমান কালগী মপুং কারবা মওং ( present perfect )

গুণ বাচক বৃত্তি ( attributive function ) গী মতাংদা সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) না কর্ত্তা ) subject ), কর্ম্ম ( object ) ক্রিয়া বিশেষণ বিবর্দ্ধক ( adverb adjunct ) নচিংবগা লোয়নদে।

৫৪৫ (১) বর্ত্তমান কালগী মপুং কারবা মওং ( present perfect ) :—গুণ বাচক বৃত্তি ( attributive function ) গী মতাংদা বর্ত্তমান কালগী মপুং কারবা মওং ( present perfect ) গী মরীদা, সামান্য ক্রিয়া ( infinitive ) দা অ ( primary prefix ) ল ( present perfect) অমসুং খ্র (tense infix) তপ্নি। খ্র ( tense infix) অসি ল ( present perfect ) দা থি ( infix of progression ) বু বাটৈ নৈতেং ( pleonastic infix ) ওইনা তপ্নগা শেমনি :—

অতেকপা, তেকখ্রবা, তেকলবা ( simple attributive infinitives—present perfect—অ, primary prefix+তেকপা, infinitive ; √তেক+খ্র/ল+পা )—অতেকপা চৈ, তেকখ্রবা চৈ, তেক্লবা চৈ; broken stick /